# শ্রীশ্রী বিষ্ণুসহস্রনাম

( মৈতৈলোল )



কোংব্রাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা

ফোঙজবা : কোংব্রাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা
খ্বাইনাগমপাল লামাবম লৈকাই,
সোরাম লৈরক, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০৪

অহানবা খূৎনম : ডিসেম্বর ২০০৯

কোপি মশীং : ১,০০০



মমল লুপা : ৮০/-

নম্ফম : আর, এন, বি, ওফসেদ প্রিন্টরস,
নাগমপাল রিম্স রোড কোর্নর,
ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

শ্রীকে ওংবী ৺অঙৌতোম্বী দেবীগী মঙ্গোল ওইন্নবা শ্রীশ্রী বিষ্ণুসহস্রনাম কৌবা নামশিং অসি ইমালোলদা অর্থ হন্দোকচদুনা শ্রীভগবানগী চরন্দা কৎচরি। গুহাগী হঙোইগুম্লবা তোল্লবনা ৱাহৈ খরদং সেবা ফংজবা অসি অভি ভাবকশিংনা চুম্মী লাল্লি হায়বা ৱাহৈ খরদং নীংশিংবীবা অসি ভগবানগী মরমদা নৈনবীবা নামগী ওইবা ইবুংঙো মাগী গুন শোন্বনি হায়না লৌজগে, অশোয়-অঙাম পুম্নমক তাকপীবা ফিগাও শানা লৌজরি।

কোংব্রাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা
খ্বাইনাগমপাল লামাবম লৈকাই,
সোরাম লৈরক, ইম্ফাল

## শ্রীশ্রী গোবিন্দায় নমো নমঃ

ওঁ জগন্ নিয়ন্তার্জুন যান যন্তা
মুরারি হন্তাখিল বিশ্বমন্তা
ভক্তানুগন্তা ব্রজবাসি কান্তা
রক্তা ধিচিন্তা হরতাৎ দুরন্তা ঃ।।

মাননীয় শ্রী কোংব্রাইলাৎপম গোপাল (কৃষ্ণচন্দ্র দেব) শর্ম্মানা ফোংলগনি হায়দুনা থৌরাংরিবা বিষ্ণু সহস্রনাম হায়বা লাইরিক অসি আদ্যোপান্ত হৌবদগী লোম্বফাও পুক্লিং চঙনা পাজবদা ইমা লৈবাক মণিপুরীয় বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুম্নমক্কী ঙাল্লবা মৈরা অমা পিশুম মৈরা অসি ফংহনবীরবনি খঞ্জদুনা থাগৎচরি। **অফবা তিথি ক্ষনদা ফোংবীরো,** পুম্নমক্কসু লাইরিক অসি পাবীদুনা লেখক্কী লেখনীবু থৌনা হাপ্পীয়ু হায়নসু শ্রীশ্রীগোবিন্দজী কৃপানা চিরায়ু ওইহনবীয়ু হায়নসু হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।।

প্রিয় মিত্রস্য -

**শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম**
শিংজমৈ ব্রাইখোম লৈকাই।

তাং -১০/৮/২০০৯ ইং,

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়**

**ওং কল্যার্নকারী কমলা বিহারী**
**কলিন্দ কন্যা পুলিনাধি চারি।**
**কান্তানু সারী কলুষাপ হারি**
**করোতু শৌরি : করুনং মুরারি: ।।**

শ্রীব্রজবিহারী দেব শাস্ত্রী
স্মৃতি ব্যাকরন কর্ম্মকাণ্ড ধর্ম্ম শাস্ত্রী
মণিপুর সংস্কৃত টোল অধ্যাপক ঃ
শ্রীশ্রী গোবিন্দজী ব্রহ্মসভা ব্যবস্থাকাবী
গোল্ড মেদালিষ্ট সাহিত্য এব্বার্ড
ইম্ফাল, শিংজমৈ ৱাইকোম লৈকাই।।

# পাঠগী অথুপপা

**নমস্কার** -

যস্য স্মারনমাত্রেণ জন্ম সংসাব বন্ধনাৎ। বিমুচ্যতে নমস্তস্মৈ বিষ্ণবে প্রভবিষ্ণবে।। নমঃ সমস্তভূতানামাদিভূতায় ভূভৃতে। অনেক রূপ রূপাযবিষ্ণবে প্রভবিষ্ণবে ।।

১) সংসারদা লৈরিবা জীব পানবশিংগী হৌরকপগী মরম ওইবা ঈশিংনচিংবা পুম্নমক পুবা- মখল মখা কয়ামুক ওইবা মুর্ত্তি পুদুনা ঙাম্বোইরিবা তৌবা ঙম্বা কয়ামুক্না তিনবা ভগবানবু খুরমজরি।

মাবু নীংশিংজবা অসিমক্না মী ওইনা পোক্লবা জীবনা অফা- অপুন্দগী কোকপা ঙম্মী। থবক পুম্নমক ঙম্বা মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা লৈবা বিষ্ণু ভগবানবু খুরমজরি
বৈশম্পাযন উবাচ -

২) **শ্রুত্বা ধর্মান শেষেন পাবনানি চ সর্বশঃ। যুধিতিঠরঃ শান্তনবং পুনরেবাভ্যভাষত ।।**

*অর্থ* বৈশম্পায়ন হাই শেমদোকনিংঙাই য়াওদ্রবা শেংলবা ধর্মবু শান্তনুগী মচা ভীষ্মদগী য়াম্না নিংথিজনা তারগা যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মদা হংজৈ।
যুধিষ্ঠির উবাচ -

৩) **কিমেকংদৈবতংলোকেকিংবাপ্যেকং পরায়ণম্।**
**স্তুবন্তঃ কং কমর্চন্ত ঃ প্রাপ্নুয়ুর্মানবা ঃ শুভম্ ॥**

অর্থ সংসার অসিদা মহৈ পুম্নমকপু পীনবীবা। পুম্নমক্তা নিংজবা য়াবা নীংননবা ওইবা ঈশ্বর করম্বনো ? অমনা পুম্নমক্তগী অথোইবা ফংবা য়াবনা করম্বনো কনানো ? কনাবু নিংজরগা কনাগী পূজা তৌজরগা মীওইবা ওইনা পোকপনা হন্দক্কী মপোক অমদি মথংগী লোক্তা অফবা মহৈ ফংগদগে

৪) **কো ধর্মঃ সর্বধর্মণাং ভবতঃ পরমো মতঃ।**
**কিং জপন্মুচ্যতে জন্তুর্জন্ম সংসার বন্ধনাৎ॥**

অর্থ ব্যাখ্যা - ধর্মখুদিংমক্তগী অথোইবা ধর্ম করম্বনো ? অমসুং কনাবু নিংজরগা খুরুমজরগা জীবশিংনা পোকপা শিবগী লিপুন অসি কোকপা য়াগদগে তাকপীয়ু ?

**ভীষ্ম উবাচ - ভীষ্মনা হাই**

৫) **জগৎ প্রভুং দেবদেবমনন্তং পুরুষোত্তমম্ ।**
**স্তুবন্নাম সহস্রেণ পুরুষ ঃ সততোত্থিত ঃ**

অর্থ ব্যাখ্যা - ভীষ্ম পিতামহনা হাই - মীওইবা মতম পুম্নমক্তা গুপ্তা হৌগত্তুনা জগৎ সংসারগী মবুঙো ওইবা লাইগী লাই ওইবা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা পুরুষোতম ওইবা মহাক্কী নাম সহস্র নাম অসিবু স্তুতি তৌগদবনি। অদু ওইরবদি মানা পেনবী।

৬) **তমেব চার্চ্চয়ন্নিত্যং ভক্ত্যা পুরুষমব্যয়ম্ ।**
**ধ্যায়নস্তুবন্নমস্যংশ্চ যজমানস্তমেব চ ॥**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - ১দি অদুগুম্বা অমাঙ-অতা লৈত্রবা পুরুষোত্তম ওইবা ভগবানগী ভক্তিনা নুমিৎ খুদিংগী পূজা তৌদুনা ধ্যান ১দি শক-শোন্দুনা খুরুমজদুনা নিংজগদবনি।

৭) **অনাদিনিধনং বিষ্ণুং সর্বলোক মহেশ্বরম।**
**লোকাধ্যক্ষং স্তুবন্নিত্যং সর্বদু ঃ খাতিগো ভবেৎ ।।**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - মাদি অহৌবা অরোইবা নায়দবনি লোক অসিদা শিনবা থুংনা লৈবা অথোইবা দেবতানি লোক পুম্নমক্কী সাক্ষীনি পুম্নমক উবা থংবনি। অদুগুম্বা ভগবান বিষ্ণুগী নুমিৎ খুদিংগী পাঠ ১দি খুরুমজদুনা জীবশিংনা খুদোংথিবা অৱবা খিবিক্তগী ১দি আধিভৌতিক, আধিদৈবিক অধ্যাত্মিক হায়রিবা তাপ অহুম অসিদগী লান্থোকপা ঙমই।

৮) **ব্রহ্মণ্যং সর্বধর্মজ্ঞং লোকানাং কীর্তি বর্ধনম্।**
**লোকনাথং মহদভূতং সর্বভূতভবোদ্ভবম্ ।।**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - ভগবান বিষ্ণু অমদি বেদ তপস্যা হায়বসে জীবগী কান্নবা ফংনবনি। ধর্ম পুম্নমক নিংথিনা হৈবা মুন্না থংবা থৱাই পানবা মীওইবগী মীংচৎ মতিক মগুন হেনগৎহনবনি। জগৎকী মবুঙো মানা মৈ ঈশিং নুংশিৎ শিজিন্নদুনা জীবশিংগী পুথোকপা পোক্লকপগী মরম ওইরিবনি।

৯) **এষ মে সর্বধর্মাণাং ধর্মোঽধকতমো মত ঃ।**
**যদ্ভক্ত্যা পুণ্ডরীকাক্ষং স্তবৈরর্চেন্নর ঃ সদা ।।**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - সংসারদা চৎনরিবা লৈনরিবা ধর্মপুম্নমক্তগী অথোইবা অহেনবা ধর্মতবু ঐখোয়না পামজৈ অপান্বনি। মদুদি ভক্তিনা মরম ওইরগা মীওইবশিংনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু পূজা তৌই তৌগদবনি।

**১০) পরমং যো মহত্তেজঃ পরমং যো মহত্তপঃ।**
**পরমং যো মহদব্রহ্ম পরমং য পরায়ণম্ ।।**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - মাদি পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইনা মতিক মঙান পুবনি। অমসুং তপস্যা মতিক মগুন অসি (মনি মান্না) চিংবা পুম্নমক্কী তুংনফমনি। মাদি সত্যগী মশক ওইবা থোইদোক্না পুজা তৌবদা মতিক চাবা ব্রহ্মস্বরূপনি। অমদি থোইদোক্না পুক্নিং চঙবা অমনা হন্না হন্না ওইদবা পোক্তবা খনগৎলবা অথোইবা মফমনি। কাওরোইদবনি।

**১১) পবিত্রাণাং পবিত্রং যো মঙ্গলানাং চ মঙ্গলম্ ।**
**দৈবতং দেবতানাং চ ভূতানাং যোঽব্যয় ঃ পিতা ।।**

*অর্থ* ব্যাখ্যা - অশেংবা অরূবা পুম্নমক্তগী অশেংবনি। নুংঙাই য়াইফবা পুম্নমক্তগী অথোইবসু মহাক্নি। দেবতাশিংগী মনুংদা অথোইবা মহাকনি। অমাং অতা লৈতবা জগৎপু পোকপা পিতানি। অমাং অতা লৈতবা পুম্নমকপু ঙাকপীবনি।

**১২) যতঃ সর্বাণি ভূতানি ভবন্ত্যাদি যুগাগমে।**
**যস্মিংশ্চ-প্রলয়ং যান্তি পুনরেব যুগক্ষয়ে ।।**

অর্থ ব্যাখ্যা - যুগ হৌগৎলকপগী অহানবদা সংসারদা লৈরিবা ভূৎ মখল ৫ মৈ-ঈশিংনচিংবা ওইরিবা জীব পুম্নমক মঙোন্দগী ওইরকপনি অমসুং যুগ লোইরকপদা মঙোন্দা অমুক তিনখি মাঙখি।

১৩) **তস্য লোক প্রধানস্য জগন্নাথস্য ভূপতেঃ।**
**বিষ্ণোনাম্‌সহস্রং মে শৃনু পাপভয়াপহম্‌।**

অর্থ পৃথিবীগী মপু অদুগুম্বা তাইবংপান্বগী মপু ওইবা জগৎকী মবুঙো বিষ্ণুভগবানগী নাম্না পাপ পুম্নমক কোকপা অকিবা পুম্নমক কোক্নঙাই ওইবা ইবুঙো মাগী বিষ্ণুসহস্রনামুবু ঐঙোন্দগী তারো।

১৪) **যানি নামানি গৌণানি বিখ্যাতানি মহাত্ম নঃ**
**ঋষিভি ঃ পরিগীতানি তানি বক্ষামি ভূতয়ে ।।**

অর্থ ব্যাখ্যা মহাত্মা ওইবা ইবুংঙো মহাক্কী মপানগী অশেন্বা গুন/মখোয়গী পোকপদগী লোইনরকপা তৌজরকপা কর্মগী মমিংনি অমদি ময়াম্না ফংনরবা মরুওইবা মীয়াম্না শিংথানরবা মমিংনি। যোগী ঋষিশিংনা শক্লা শোন্নরিবা নামনি। পুরুষার্থ মখল মরি, ধর্ম, অর্থ কাম মোক্ষ ফংনবা উপায় হায়বনি।

## পাঠবিধি

বিষ্ণোর্নামসহস্রস্য বেদব্যাসো মহানৃষি ঃ। ছন্দোঽনুষ্টুপ্ তথা দেবোভগবান্ দেবকীসুত ঃ।। (১) অমৃতাংশূ দ্ভবো বীজং শক্তির্দেবকিনন্দন ঃ। ত্রিসামা হৃদয়ং তস্য শান্ত্যর্থং বিনিযুজ্যতে।। (২) বিষ্ণুংজিষ্ণুং মহাবিষ্ণুং প্রভবিষ্ণুং মহেশ্বরম্। অনেক রূপং দৈত্যান্তং নমামিপুরুষোওমম্। (৩)

ওঁ অস্য শ্রীবিষ্ণাদির্ব্যসহস্রনামস্তোত্র মহামন্ত্রস্য

শ্রীভগবান্ বেদ ব্যাস ঋষিরনুষ্টুপ্ছন্দ ঃ শ্রীকৃষ্ণঃ পরমাত্মা শ্রীমন্নারায়ণো দেবতা অমৃতাং শূদভবো ভানুরিতি বীজম্ দেবকী নন্দনঃ স্রষ্টেতি শক্তিঃ ত্রিসামা সামগঃ সামেতি হৃদয়ম্ শঙ্খভৃন্নন্দকী চক্রীতি কীলকম্ শার্ঙ্গধন্বা গদাধর ইত্যস্ত্রম্ রথাঙ্গ পাণিরক্ষোভ্যঃ ইতি কবচম্। উদ্ভবঃ ক্ষোভণা দেব ইতি পরমো মন্ত্রঃ শ্রীকৃষ্ণপ্রীত্যর্থং বিষ্ণুসহস্রনাম স্তোত্রজপে বিনিয়োগঃ।

### অথ করন্যাস ঃ-

ওং উদ্ভবায় অংগুষ্ঠাভ্যাং নমঃ।। ওঁ ক্ষোভণায় তর্জনীভ্যাং নমঃ।। ওঁ দেবায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ।। ওঁ উদভবায় অনামিকাভ্যাং নমঃ।। ওঁ ক্ষোভণায় কনিষ্ঠি কাভ্যাং নমঃ।। ওঁ দেবায় করতল কর পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ।। ইতি করন্যাসঃ।।

### অথ হৃদয়াদিষড ঙ্গ ন্যাস ঃ।।

ওঁ সুব্রত ঃ সুমুখ ঃ সূক্ষ্ম ঃ জ্ঞানায় হৃদয়ায় নমঃ।। ওঁ সহস্রমূর্ধা বিশ্বাত্মা ঐশ্বর্য়ায় শিরসে স্বাহা। ওঁ সহস্রার্চি সপ্তজিহ্বা ঃ শক্ত্যৈ

শিখায়ৈবষট।। ওঁ রথা ঙ্গ পাণিরক্ষো-ভ্যস্তেজসে নেত্রাভ্যাং বৌষট্।। ওঁ শার্ঙ্গ ধন্বাগদাধরঃ বীয়ার্য্য অস্ত্রায় ফট্।।
ওঁ-ঋতুঃ সুদর্শনঃ কালঃ ভূভুর্বঃ স্বরোম্ দিগ্বধঃ।।
ইতি হৃদয়াদিন্যাসঃ।। অথ ধ্যান্ম।।

## পাঠবিধি

বিষ্ণোনার্ম্মসহস্রস্য বেদব্যাসো মহানৃষিঃ।
ছন্দোহনুষ্টুপ তথা দেবো ভগবান দেবকীসুতঃ ।।১।।
অমৃতাং শুদ্ভবো বীজং শক্তিদোবকী নন্দনঃ। ত্রিসামা হৃদয়ং তস্য শান্ত্যর্থংবিনিযুজ্যতে।।২।। বিষ্ণুংজিষ্ণুং মহাবিষ্ণুং প্রভবিষ্ণুং মহেশ্বরম্ অনেক রূপং দৈত্যাগন্তং নমামি পুরুষোত্তম্মম্।।৩।।

ওঁ অস্য শ্রীবিষ্ণোর্দিব্যসহস্রনাম স্তোত্র মহামন্ত্রস্য শ্রীভগবান্ বেদব্যাস, ঋষিরনুষ্টপ্ ছন্দঃ শ্রীকৃষ্ণঃ পরমাত্মা শ্রীমন্নারায়ণো দেবতা অমৃতাং শূদ্ভবো ভানুরিতি বীজম্দেবকী নন্দনঃ স্রষ্টেতি শক্তিঃ ত্রিসামা সামগঃ সামেতি হৃদয়ম্ শঙ্খভৃন্নন্দকী চক্রীতি কীলকম্ শার্ঙ্গধন্বা গদাধর ইত্যস্ত্রম্ রথাঙ্গপাণিরক্ষোভ্য ইতি কবচম্। উদ্ভবঃ ক্ষোভণ্য দেব ইতি পরমো মন্ত্রঃ শ্রীকৃষ্ণ প্রীত্যর্থেবিষ্ণু সহস্রনার্ম স্তোত্রজপে বিনিযোগঃ অর্থ করন্যাঃ। ওঁ উদ্ভবায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ।
ওঁ ক্ষোভনায় তর্জনীভ্যাং নমঃ।। দেবায় মধ্যমাভ্যা ওঁ উদ্ভবায় অনামিকাভ্যাং নমঃ।। ওঁ ক্ষোভনায় নমঃ কনিষ্ঠি কাভ্যাং নমঃ।।
ওঁ দেবায় করতলকর পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ।। ইতি করন্যাসং।।

অর্থ হৃদয়াদি ষড ঙ্গ ন্যাসঃ
ওঁ সুব্রতঃ সুমুখঃ সূক্ষ্মঃ জ্ঞানায় হৃদয়ায় নমঃ।
ওঁ সহস্রমূর্ধা বিশ্বাত্মা ঐশ্বর্য্যায়, শিরসে স্বাহা।
ওঁ সহস্রার্চিঃ সপ্তজিহবঃ শক্তে শিখায়ৈ বষট্ ।
ত্রিসামাগামগঃ সাম বলায় কবচায় হুম্
ওঁ রথাঙ্গ পাণির ক্ষোভ্যস্তেজসে নেত্রাভ্যাং বৌষট।
ওঁ শাঙ্গধন্বা গদাধর ঃ বীজায় অস্ত্রায় ফট।। ঋতু ঃ সূদর্শনঃ কালঃ ভূভুর্ব - স্বরোম্মিতি দিগ্বধঃ। ইটি হৃদয়দি ন্যাসঃ।।

অর্থ ধ্যান্ম্

শান্তাকারং ভুজগশয়নং পদ্মনাভং সুরেশং, বিশ্বা ধারং গগনসদৃশং মেঘবর্ণং শুভা ঙ্গম্। লক্ষ্মী কান্তং কমলনয়নং যোগিভি র্ধ্যানগম্যং বন্দে বিষ্ণুং ভবভয় হরং সর্বলোকৈককনাথম্।।

# ওঁ নমো গনেশায়
# বিষ্ণু সহস্র নাম
## মণিপুরী অনুবাদ

(১) বিশ্বং বিষ্ণু বষটকারো ভূতভব্যভবৎপ্রভুঃ।
ভূতকৃদভূতভৃদভাবো ভূতাত্মা ভূতভাবনঃ।।

১- **বিশ্বম্ :-** জগৎকী হৌরকফম ওইবা পরংব্রহ্মনি।

২- **বিষ্ণু :-** পুম্নমক্তা লেংদনা শিন্বা থুংনা লৈবনি।।

৩- **বষট্কার :-** যজ্ঞগী মশক ওইবা।

৪ **ভূতভব্যভবৎপ্রভু :-** ভূৎ ভবিষ্য, বর্ত্তমান, কালচক্রগী মপু ওইবা।

৫- **ভূতকৃত :-** রজগুন অমদি ত মগুণ তুংনফম ওইবনা সৃষ্টি অমদি প্রলয় শেম্বা ব্রহ্মা - মহাদেব শকলোন্নি।

৬ **ভূতভৃত :-** সত্ব গুনগী তুংনফম ওইবনা লেংদনা মাঙদনা লৈবা বিষ্ণুগী মশক্নি।

৭- **ভাব :-** লেংদবা অচুম্বগী মশক্নি।

৮- **ভূতাত্মা :-** জীবশিংগী অন্তর্য্যমী থম্মোয় খঙবনি।

৯- **ভূতভাবন:-** জীবশিংবু পুথোকপীবা পোকপীবা মপুনি।

(২) পূতাত্মা পরমাত্মা চ মুক্তানাং পরমাগতি ঃ।
অব্যয়: পুরুষঃ সাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞোহক্ষর এব চ ।।

১০- **পূতাত্মা:-** শেংলবা আত্মাগী মওংনি।

১১- **পরমাত্মা:-** থবক্না মরম ওইদুনা ময়ামগী মান্নদবা মশকঅরেপ্পা অশেংবা, অথংবা পুম্নমক্কী তোঙানবা স্বভাব ওইবা।

১২- **মুক্তানাং পরমাগতিঃ**:- মুক্তিগীদমক্তা অথোইবা পান্দমফম ওইবা ঈশ্বরনি।

১৩- **অব্যয়ঃ**:- অমাঙ-অতা লৈতবনি ময়েং তাদবনি।

১৪- **পুরুষঃ**:- হকচাং খুদিংমক্তা লেংদনা লৈবা, কর্ম্ম ফল পুম্নমক ফংহনবীবা প্রলয়গী মতমদা মরোল পুম্নমক মাঙহনবীবা।

১৫- **সাক্ষীঃ**:- মাংদা শংশংনা জগৎপু য়েংবা অমদি উরিবা।

১৬- **ক্ষেত্রজ্ঞঃ**:- হকচাং পুরিবা ঈশ্বর মানা পুম্নমক খঙই।

১৭- **অক্ষরঃ**:- হন্দোকপা ময়েং ভাব লৈতবা।

(৩) **যোগো যোগবিদাং নেতা প্রধানপুরুষেশ্বরঃ।**
**নরসিংহবপুঃ শ্রীমান্ কেশবঃ পুরুষোত্তমঃ॥**

১৮- **য়োগঃ**:- জ্ঞানেন্দ্রশিং ১দি পুক্নিংনা জীবাত্মা ১দি পরমাত্মা অনীদা চপ মান্নবা ভাবনা অদু যোগ কৌই।

১৯- **য়োগরিদাং নেতাঃ**:- হায়রিবা যোগ অসিবু খঙনবা মরম ওইবা জ্ঞানেন্দিয় য়োগবু ভাক শেন্দুনা পুরিবনি।

২০- **প্রধান পুরুষেশ্বরঃ**:- প্রধান ১দি প্রকৃত্তি মশক ওইবা মায়া পুরুষ ১দি জীব অনীগী মপু ওইবা ঈশ্বরনি।

২১- **নরসিংহবপু ঃ**:- মীগী মওং ১দি নোংশা মীওইবগী হকচাংগা নোংশাগী হকচাংগা পুনবা শাবান্নী।

২২- **শ্রীমান্ ঃ**:- মতম পুম্নমক্তা ইবুঙোগী থবাক্তা লনগী মবেম্মা লক্ষ্মী ধারন পুরিবনি।

২৩- **কেশবঃ**:- কোক্তা অমুবা শমলাংনা লৈতেংবা, ১না কেশি কৌবা হিংচাবা হাৎপা লানবীবনি।

২৪- **পুরুষোত্তম:**- অমাংবা ১সুং হৌরকভম মরূদগী ঐ তোঙানবনি। অমাঙ-অতা লৈতবা জীবনি। মদুবু লমজিংবনা সংসারগী অমাঙ-অতা লৈতে হায়রিবদগীসু অথোইবনি। মদুনা মরম ওইরগা পুরুষ পুম্নমক্তগী ঐনা অথোইবনি। জীব ১দি ঈশ্বরদগী তোঙানবা শুদ্ধ ব্রহ্মনি।

(৪) **সর্বঃ শর্বঃ শিবঃ স্থাণুর্ভূতাদি নিধিরব্যয়ঃ।**
**সম্ভবোভাবনো ভর্তা প্রভবঃ প্রভুরীশ্বরঃ।।**

২৫- **সর্ব:**- অরেপ্পা লেপ্তুবা অনীগী হৌরকফমনি হিংবা মাংবগী অরেপ্পা তুংঙমনি।

২৬- **শর্ব:**- প্রলয়গী মতমদা পুম্নমক মানা মাঙহনবনি।

২৭- **শিব:**- প্রলয়গী মতমদা জীব পুম্নমক তুংদুনা লৈ, ১না সত্ত্ব, রজ তম গুণ্ অহুম অসিনা শোক্তে অদুনা স্বয়ং সিদ্ধনি সত্যনি।

২৮- **স্থানু:**- মতম পুম্নমক্তা লেংদবা স্বভাবনি।

২৯- **ভূতাদি:**- লৈপাক্লচিংবা মখল ৫গী হৌরকফমনি।

৩০- **নিধিরব্যয়:**- অমাং অতা লৈতবা তুংনফমনি।

৩১- **সম্ভব:**- সংসারসি মঙোন্দগী পোক্লকপনি।

৩২- **ভাবন:**- জীব পুম্নমক্কী অফ ফত্তগী মহৈ পুক্লিং মায়ানা পীরিবনি।

৩৩- **ভর্তা:**- লৌনস্বশিংগী লুচিংবা ওইনা য়োক থাকপা তৌরিবনি।

৩৪- **প্রভব:**- অথোইবশিংবু পোকপীবা অহেনবনি।

৩৫- **প্রভু :**- থবক খুদিংমক পাঙথোকপদা শক্তি মথৌনা লৈবনি অঙম্বনি।

৩৬- **ঈশ্বর :**- ৱাংতে-পাদ লনথুম পুম্নমক্কী মপু ওইবা অৱাংপা লৈতবা।

**(৫) স্বয়ম্ভূঃ শম্ভুরাদিত্যঃ পুষ্করাক্ষো মহাস্বনঃ।**
**অনাদিনিধনো ধাতা বিধাতা ধাতুরুত্তমঃ ।**

৩৭- **স্বয়ম্ভূঃ**- মশা মথন্তনা কনাগী অতোপপগী মতেং য়াওদনা ফোঙদোকচবা।

৩৮- **শম্ভু :**- মনাইশিংগীদমক্তা নুংঙাইনবগী ৱাখল থনবীবা।

৩৯- **আদিত্য :**- দেবমাতা অদিতিগী গর্ভ বামোন দেব ওইনা পোকপীবনি।

৪০- **পুষ্ক রাক্ষ :**- থম্বালগী মতৌগুম্বা মীৎনা মাগী ওইবা।

৪১- **মহাস্বন:**- ঐগী ইন্নাই অশোয়-অঙাম য়াওদুনা মাঙহন্দবা। অসুম্না অথোইবা বেদগী মশক খোঞ্জেল লাউরিবা।

৪২- **অনাদিনিধন:**- পোকপা অমদি মাঙবা লৈতবা।

৪৩- **ধাতা :**- চাংদমনিংঙাই লৈতবা আদিপুরুষগী শকলোন্না সংসারবু ঙাক শেনবীরিবা।

৪৪- **বিধাতা :**- সংসারদা পুম্নমক্কীদমক কর্ম্ম ১সুং মহৈ শেন্নীরিবা।

৪৫- **ধাতুরুত্তম:**- ব্রহ্মানচিংবা দেবতাদগী অথোইবা পৃথিবীনচিংবা ধাতু মখলশিংদগী অথোইবা ওইবা।

(৬) **অপ্রমেয়ো হৃষীকেশঃ পদ্মনাভোঽমরপ্রভুঃ ।**
**বিশ্বকর্ম্মা মনুস্ত্বষ্টা স্থবিষ্ঠঃ স্থবিরো ধ্রুবঃ ।।**

৪৬- **অপ্রমেয়:**- মিৎনা উবা ভাবনা খংবা পোৎ চাংদম্নবা খোনজেনশিং প্রমান তৌদুনা অরেপ্পা জ্ঞানগী বিষয়শু নত্তবা।

৪৭- **হৃষীকেশ :**- ইন্দ্রিয়শিংগা লৈমিন্নরিবা হকচাংগীদি ঈশ্বরনি। ইন্দ্রিবু লোইনরিবা জীবনা মাঙবা মতমদা মাদি মাঙবা নায়দে।

৪৮- **পদ্মনাভ :**- জগৎ শেম্নবগী মশক ওইবা থম্বাল মাগী খোইদৌদা লৈবা।

৪৯- **অমরপ্রভু :**- দেবতা পুম্নমক্কী মবুঙো।

৫০- **বিশ্বকর্মা :**- মাগী থবক্তি জগৎ শেম্বনি। মানা থৌজানবীদুনা সংসারগী খোঙচৎ লমতাক্লিবা লমজিংবীবনি। অনেম অৱাং কর্ম খিবিকপু লমজিংবনি।

৫১- **মনু:**- মনুং থিৎনা হন্না হন্না খল্লিবা।

৫২- **ত্বষ্টা:**- প্রলয়গী মতমদা তাইবং পুম্নমক্লা য়েংবা ফংদবা মখৈ হজ্ঞিনবা পীকশিনবা।

৫৩- **স্থবিষ্ঠ :**- থোইদোক হেন্দোক্ল চাওথোক্লবা হকচাংনা জগৎ থনবা।

৫৪- **স্থবিরোধ্রুব :**- মতম য়াম্না লৈরবসু হকচাংগী মওং হোংদবা।

(৭) **অগ্রাহ্যঃ শাশ্বতঃ কৃষ্ণো লোহিতাক্ষ ঃ প্রতর্দনঃ।**
**প্রভূতস্ত্রিক কুব্ধাম প্রবিত্রং মংগলং পরম্।।**

৫৫- **অগ্রাহ্য :-** খোঞ্জেল ১দি পুক্লিংনা লৌবা য়াদবা লৌশিনবা ঙমদবা।

৫৬- **শাশ্বত :-** ভূত্ ভবিষ্যৎ বর্তমান হায়রিবা মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈ।

৫৭- **কৃষ্ণ :-** স্ত্রীশিং ব্রজগোপীশিংগী পুক্লিং শুক্মৎপা মতমগী মতুংইন্ন শংবান্নবা কুচু পুবা ১সুং নুংশিবা মায়থোং পুবনি।

৫৮- **লোহিতাক্ষ :-** ঙাংঙ্রানবা থম্বালগুম মিৎ ওইবা।

৫৯- **প্রতর্দন :-** প্রলয়গী মতমদা-ভূত মখন ৫ - মৈ, ঈশিংনা নুংশিৎ পুম্নমক লৌশিনবা।

৬০- **প্রভূত :-** মহাকতি জ্ঞান ১সুং তৌবা ঙম্বা শক্তি গুন্ পূম্নমক্না তিনবা।

৬১- **স্ত্রিককুব্ধাম :-** জ্ঞান ১দি তৌবা ঙম্বা শক্তিনা মপুং ফাহন্দুনা মথক, মখা, ময়াই, পুম্নমক খেন্নবগী মতুংইন্না মফম অহুম অশি মাগী মঙানগী মশকনি।

৬২- **প্রবিত্রম্ :-** পুম্নমকপু অরূবা অশেংবা ওইহনবনি শেংদোকপীবনি।

৬৩- **মঙ্গলম্ পরম্ :-** মঙ্গল ওইবা পুম্নমক্তগী অথোইবা অহেনবনি।

(৮) **ইশান ঃ প্রাণদঃ প্রাণো জ্যেষ্ঠ ঃ শ্রেষ্ঠ ঃ প্রজাপতি ঃ। হিরণ্যগর্ভো ভূগর্ভো মাধবো মধুসূদন ঃ।।**

৬৪- **ঈশান :-** লৈরিবা সংসারগী জীব জন্তু ঙাক শেল্লিবনি।

৬৫- **প্রানদ :-** মানা পুম্নমক্কী জীবশিংবু শেম্বীবনি জীব ওইহনবসু মানি শেমদোক শেমজিনবসু মানি জীব মাঙহনবসু মানি।

৬৬- **প্রান :**- মাদি সংসারদা লৈরিবা পুম্নমক্কী থব্বাইনি।

৬৭- **জ্যেষ্ঠ :**- মহাক পুম্নমক্তগী অহেনবা অথোইবনি।

৬৮- **শ্রেষ্ঠ :**- ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ্নি।

৬৯- **প্রজাপতি :**- প্রজাগী মপুনি ঙাকপী শেনবীবনি।

৭০- **হিরন্যগর্ভ :**- সনাগী মশক ওইবা মরূমদগী ওইবা মনুংদা লৈবা ব্রহ্মগী মশকনি।

৭১- **ভূগর্ভ :**- মাগী গর্ভ মনুংদা পৃথিবীনচিংবা জগৎ ধারন তৌবা।

৭২- **মাধব :**- লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা।

৭৩- **মধুসূদন :**- মধু কৌবা হিংচাববু উদ্ধার তৌবা।

(৯) **ঈশ্বরোবিক্রমী ধন্বী মেধাবী বিক্রম্ ক্রমঃ।**
**অনুত্তমো দুরাধর্ষ ঃ কৃতজ্ঞঃ কৃতিরাত্মবান্ ॥**

৭৪- **ঈশ্বর :**- শক্তি পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা অথোইবা পাঙ্গল।

৭৫- **বিক্রমী :**- মতিক মথৌনা থোইদোক হেন্দোক্লা কনবা ।

৭৬- **ধনবী :**- মাগী খুত্তা শাঙ্গ লিরুং পায়বা।

৭৭- **মেধাবী :**- বুদ্ধি ফবা জ্ঞান লৈবশিংগী মনুংদা অথোইবা।

৭৮- **বিক্রম :**- গরুড়বু শাদোং ওইদুনা চৎপা।

৭৯- **ক্রম :**- বামোন অবতার তৌদুনা সংসারবু খোঙথাং অহুম ওনবদা বিরাট মুর্ত্তি পুথোকপা

৮০- **অনুত্তম :**- পুম্নমক্তগী অথোইবা অহেনবা ওইবা।

৮১- **দুরাধর্ষ :**- হিংচাবশিং য়েক্লবনা খুদুম চনবা ঙমদবা।

৮২- **কৃতজ্ঞ :**- জীবশিংগী অফ-ফত্ত পাপ পুন্য খংবা।

৮৩- **কৃতি :**- নিপা ওইবগী মশাদা লৈবা মতিক মগুন থৌনাগী মশক।

৮৪- **আত্মবান :**- মশাগী মথৌনা মতিক মগুণ মতম পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা ময়েং তাদবা।

**(১০) সুরেশঃ শরণং শর্ম বিশ্বরেতাঃ প্রজাভবঃ।**
**অহ সবৎসরোব্যাল ঃ প্রত্যয়ঃ সর্বদর্শনঃ ॥**

৮৫- **সুরেশ:**- দেবতাশিংগী মপু মবুঙো।

৮৬- **শরনম্ :**- মাদি অৱাবা খুদোংথিবদা পুম্নমক কনবীবনি।

৮৭- **শর্ম :**- অৱাব ১দি অৱাবা লাক্লবগী থবক খুদিংমক মাঙহনবীদুনা নুংঙাইবগী শকলোন পুবনি।

৮৮- **বিশ্বরেতা :**- সংসার শেম্নবগী মরম ওইবনা ইবুঙো মহাক বিশ্বরূপনি।

৮৯- **প্রজাভব :**- প্রজা পুম্নমক্কী পোক্লফমনি।

৯০- **অহ :**- সংসারদা মঙাল পীরিবা অসি মহাক্কী মঙালনি।

৯১- **সংবৎসর :**- মাগী মশাদা মিকুপতগী যুগ যুগ খুদিং ফাওবা লৈরিবা মতম কৌবসে লেংদনা লৈবনি।

৯২- **ব্যাল :**- মচেৎ মকাই খায়দোকপা লৈতবা কালগী মশক ওইবনা অফা অপুন লৈতবনি।

৯৩- **প্রত্যয়:**- মাদি জ্ঞান বিজ্ঞানগী মশকনি।

৯৪- **সর্বদর্শন :**- ভক্তশিংগী অপাম্বা উহন্বীবা, অমনা ঈশ্বর মশানা সংসার পুম্নমকপু উবনি।

**(১১) অজঃ সর্বেশ্বরঃ সিদ্ধঃ সিদ্ধিঃ সর্বাদিরচ্যুতঃ।**
**বৃষাকপিরমেয়াত্মা সর্বযোগ বিনিঃ সৃতঃ ॥**

৯৫- **অজঃ**:- মাদি পোকপা শিবা লৈতে।

৯৬- **সর্বেশ্বরঃ**:- ঈশ্বর পুম্নমক্কীসু মানা ঈশ্বরনি, অথোইবনি।

৯৭- **সিদ্ধ** :- মতম পুম্নমক্তা সিদ্ধ ওইবনি। হেনগৎপা-তাথবা নায়দবনি।

৯৮- **সিদ্ধি** :- মতম পুম্নমক্তা ব্রহ্ম রূপ ওইনা লৈরবনি।

৯৯ **সর্বাদি** :- জীবশিংগী ওইরকপগী মশকনি হৌরকফমনি।

১০০- **অচ্যুত** :- মশাগী শকফমদগী অহোংবা অমদি ময়েং তাবা লৈতবনি।

১০১- **বৃষাকপি** :- অপাম্বা পুম্নমকপু পীনবা (ধর্ম্ম বরাহ) ধর্ম্ম স্বরূপ বরাহ ভগবাননি। নিংশিংবদদা অপাম্বা পুম্নমক পীবীবা অরাববু কোকপীবা। অরিষ্টাসুরবু মাগুহনবনি। লানবীবনি।

১০২- **অমেয়াত্মা** :- অচুম্বা জ্ঞানগী মনুং চনবা নত্তে। মাগী অতোপ্পা অথোইবনি।

১০৩- **সর্বযোগবিনিঃ সৃত** :- যোগ হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক্কা মরী লৈনদে - মাদি পুম্নমক্তগী তোঙানবনি।

(১২) **বসুর্বসুমনাঃ সত্যঃ সমাত্মাহ সম্মিতঃ সমঃ।**
**অমোঘঃ পুণ্ডরী কাক্ষো বৃষকর্মা বৃষাকৃতিঃ।।**

১০৪- **বসু** :- জীব খুদিংমক মঙোন্দা লৈবা। মানা জীবশিংদসু লৈবা বসু নিপানগী মনুংদা পাবক কৌবা মৈগী মিং অদুনি।

১০৫- **বসুমনা :**- অপাম্বা কল্লক মীহৌবা অমদি অৱাবনা শোক্তবা শেংলবা পুক্লিংনি।

১০৬- **সত্য :**- মতম পুম্নমক্তা অচুম্বনা মুর্ত্তি ওইনা লৈবনি।

১০৭- **সমাত্মা :**- অশেংবা আত্মা অমনি।

১০৮- **অসম্মিত :**- শাস্ত্রনা বেদনা মাগী অশেংবা ঙাল নডে।

১০৯- **সম :**- মাদি মতম পুম্নমক্তা ফিভম হোংদে।

১১০- **অমোঘ :**- হায়দোকখিবা ৱাফম ভাকপা সত্যগী মশকনি।

১১১- **পুণ্ডরীকাক্ষ :**- পুক্লিংগী মশক ওইবা থম্বাল অসিগী মনম সংসারদা পুম্নমক ফংহনবনি।

১১২- **বৃষকর্মা :**- ধর্ম্মগী মশক পুদুনা কর্ম্ম পুম্নমক পাঙথোকপনি।

১১৩- **বৃষা কৃতি :**- মাদি ধর্ম্মগীদমক্তা অবতার হন্না হন্না তৌবনি।

**(১৩) রুদ্রো বহুশিরা বভ্রুর্বিশ্বযোনিঃ শুচিশ্রবাঃ।**
**অমৃতঃ শাশ্বত স্থাণুবরারোহো মহাতপাঃ।।**

১১৪- **রুদ্র :**- মানাসংহার মতম ওইরকপদা প্রজাশিংবু কপহল্লি।

১১৫- **বহুশিরা :**- কোক য়াম্না লোংবনি (সহস্রশীর্ষা পুরুষঃ)

১১৬- **বভ্রু :**- সংসার লোকপু য়োকপা থাকপা তৌবনি।

১১৭- **বিশ্বযোনি :**- মাদি সংসার অসি পুথোক্লবা অমদি ফংনবগী মরম্নি।

১১৮- **শুচিশ্রবা :**- অশেংবা মিংথোন লৈবনি। অমদি অশেংবা বিষয় ভাব লৌবনি।

১১৯- **অমৃত :**- মহাকতি শিবা লৈতবনি মাঙদবনি।

১২০- **শাশ্বতস্থানু :**- ভগবান মাদি ভুৎ, ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান পুম্নমক্কা মরী লৈবনি।

১২১- **বরারোহ :**- মাদি পামজবশিংনা খ্বাইদগী অথোইবা মফম ফংনফমনি।

১২২- **মহাতপা :**- সংসারদা লৈরিবা সৃষ্টিগী হিরম খুদিংমক মুন্না খঙবনি।

(১৪) **সর্বগঃ সর্ববিদ্‌ভানু বিষ্বক্সেনো জনার্দনঃ।**
**বেদো বেদবিদ ব্যঙ্গো বেদাঙ্গো বেদবিৎকবিঃ।।**

১২৩- **সর্বগ :**- মানা মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা কোইবনি।

১২৪- **সর্ববিদভানু :**- পুম্নমকপু মশক মুন্না খঙবা অশেংবা মাগী মশক্না মঙান পুম্নমক থোকহনবনি মঙান লোয়নবনি।

১২৫- **বিসসেন :**- মাগী লান্মীনা জরাসন্ধনচিংবা লান্মীশিংবু কোয়শিন্দুনা থম্বা ঙম্বগী শক্তি লৈবনি।

১২৬- **জনার্দন :**- মানা ফত্তবা মীশিংবু মাঙহনবনি।

১২৭- **বেদ :**- মাদি তত্ব ২৫ খঙবা ব্রহ্ম জ্ঞান লৈবনি।

১২৮- **বেদবিৎ :**- বেদগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ খঙবা পাঠগী মওং মুন্না খঙবা হৈবনি।

১২৯- **অব্যঙ্গ :**- বেদনা হায়বা যুক্তি পুম্নমক্না তুংফম ওইবনি।

১৩০- **বেদাঙ্গ :**- মাগী মশাদা বেদ খুদিংমক থাদোক্লদনা লোয়নদুনা লৈমিন্নে।

১৩১- **বেদবিত :**- মাদি সান্দিপনি গুরুদগী বেদগী অঙ্গ পুম্নমক তমদুনা হৈখ্রবনি।

১৩২- **কবি :**- মাদি ইন্দ্রিনা ফংবা ঙমদবা পোৎ পুম্নমক বিষয় খুদিংমক উবনি।

**(১৫) লোকাধ্যক্ষঃ সুরাধ্যক্ষো ধর্মাধ্যক্ষঃ কৃতাকৃতঃ।**
**চতুরাত্মা চতুর্ব্যু হশ্চতুদংষ্ট্র চতুর্ভুজঃ।।**

১৩৩- **লোকাধ্যক্ষ :**- লোক পুম্নমক্কী লুচিংবা পুম্নমক উবা খঙবনি।

১৩৪- **সুরাধ্যক্ষ :**- স্বত গুন্ চেনবা ইন্দ্রনচিংবা মপু ওইবা। ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু মুন্না উবা।

১৩৫- **ধর্ম্মধ্যক্ষ :**- ভগবৎধর্ম্মবু মিৎনা স্বয়ং উবনি।

১৩৬- **কৃতাকৃত :**- সৃষ্টিগী থবক খুদিংমক হৌরকফম মশক্লি।

১৩৭- **চতুরাত্মা :**- সৃষ্টি অমদি সংহার মতমদা তোঙান-তোঙানবা মুর্ত্তি মরি থোক্লুনা লন-থুম লোইনবা বিষ্ণুগী মশকনি।

১৩৮- **চতুর্ব্যুহি :**- মাগী মুর্ত্তি মরি বাসুদেব প্রদ্যুম্না অনিরুদ্ধ সঙ্গনিঅনিরুদ্ধ সংকর্ষন্গী মশক লৌদুনা প্রলয় ১ সৃষ্টি পাঙথোকপনি।

১৩৯- **চতুদংষ্ট্র :**- চাউরবা য়াপং য়াওরবা যা·পুম্নমক্কা লোয়নবা মুর্ত্তি পুবা নরসিংহ দেবনি।

১৪০- চতুর্ভুজ :- পাম্বোম মরি পানবনি।

(১৬) **ভ্রাজিষ্ণুর্ভোজনং ভোক্তা সহিষ্ণুর্জগদাদিজঃ।**
**অনঘো বিজযো জেতা বিশ্বযোনিঃ পুনর্বসুঃ ।।**

১৪১- **ভ্রাজিষ্ণু :**- মতম পুম্নমক্তা হোংবা নায়দবা মঙানগী মশকনি।

১৪২- **ভোজনম্ :**- লৌশিনবগী মশকনি। মানা পুম্নমক ফংবনি।

১৪৩- **ভোক্তা :**- অফবসু ফত্তবসু মানা চাশিনবনি লৌশিনবনি।

১৪৪- **সহিষ্ণুং :**- মাদি খাংবা কনবনি অমনা সাধু বৈষ্ণবশিংগী অরাবা য়েংবা ঙমদবনি।

১৪৫- **জগদাদিজ :**- সনাগী কুচুগী ওইবা গর্ভদগী ব্রহ্মানচিংবা দেবতা পুথোক্লুনা জগৎ শেম্বনি।

১৪৬- **অনঘ :**- হকচাংদা পাপ পক্রবনি।

১৪৭- **বিজয় :**- জ্ঞান বৈরাঙ্গ্য অনিমান মনি মান্নচিংবা সিদ্ধি ৮ জয় ওইরবনি।

১৪৮- **জেতা :**- পুম্নমক্তগী অথোইবা অহেনবনি।

১৪৯- **বিশ্বযোনি :**- তাইবংদা পাঙথোক্লিবা থবক্কী মশকনি। থবকশিং অদুগী পোত্থাফমসু মহাকক্লি।

১৫০- **পুনর্বসু :**- হন্না হন্না অবতার ধারন্ তৌদুনা জীবগী মশক তোঙান-তোঙান্না ওইবনি।

(১৭) **উপেন্দ্রঃ বামনঃ প্রাংশুরমোঘঃ শুচিরূর্জিতঃ।**
**অতিন্দ্র সংগ্রহঃ সর্গোধৃতাত্মা নিয়মো যমঃ ।।**

১৫১- **উপেন্দ্রো :**- ইন্দ্রগী অহানবা মনাওনুপা ওইনা অদিতি গর্ভদা লৈবনি। কৃষ্ণ অবতারদা গোবধর্নম ধারনগী মতুংদা ইন্দ্রগী নাপন মাঙহন্দুনা হন্দ্রিশ্রেষ্ঠ মিং থোনবনি।

১৬২- **বামন :**- বামন অবতার তৌদুনা পৃথিবীগী মপু ওইবা বলিরাজদগী খোঙথাং অহুম ওন্দুনা সর্গ, মর্ত্ত পাতাল লৌবনি।

১৫৩- **প্রাংশু :**- বলিরাজদগী পৃথিবীগী দান ফংলবা মতুংদা সংসার খোঙথাং অহুমদা মফম পুম্নমক শিনবা থুংনবগীদমক বিরাট মুর্ত্তি পুথোকপনি।

১৫৪- **অমোঘ :**- থবক খুদিংমক অপাম্বা অনিংবা অবেম্বদা খক মাংবা লৈতে। মরম অসিনা ভক্তশিংগীদমক্তদি কল্প বৃক্ষনি।

১৫৫- **শুচি :**- চাংদমনিংঙাই লৈতবা অশেংবা অরূবনি। যুধিষ্ঠিরনা পাণ্ডবকী মংত্রীনি।

১৫৬- **উর্জিত :**- মশাগী পাঙ্গলনা খুদোন্দা গোবর্ধন থাংগৎপনি।

১৫৭- **অতীন্দ্র :**- ইন্দ্রবু মায়থীবা পীদুনা পারিজাৎ লৈ মুল্লকপনি।

১৫৩- **সংগ্রহ :**- ভক্তশিংবু লৌশিনবীবনি, ঙাকপীবনি।

১৫৯- **সর্গ :**- থবক ইন্থাং শিল-লাংলিবা পুম্নমক্কী মশকনি।

১৬০- **ধৃতাত্মা :-** মাদি মখল মখলগী মশক খুদিংমক্তা আত্মা ওইনা লৈবনি।

১৬১- **নিয়ম :-** মানা প্রজা পুম্নমকপু মশা-মশাগী মথৌদা পুক্লিং চঙহনবনি।

১৬২- **যম :-** মানা অন্তর্যামী ওইদুনা পুম্নমকপু মাগী মাগী অধিকার ফংনবা মথৌদা হোৎনবদা ইনশিনবনি।

**(১৮) বেদ্যো বৈদ্যঃ সদাযোগী বীরহা মাধবো মধুঃ**
**অতীন্দ্রিযো মহামাযো মহোৎসাহো মহাবলঃ ।।**

১৫৩- **বেদ্যো :-** অরোন অথুপ পুম্নমক মুন্না খঙবনি।

১৫৪- **বৈদ্য :-** মহৈ মশিং পুম্নমক তাকপী তম্বীবা মহাকনি।

১৫৫- **সদাযোগী :-** থবক ইনখাং পুম্নমক মানা শিনবা ওইদুনসু তশেংনা থৌবু নত্তবা ওইদুনা লৈবা মহাক্নি।

১৫৬- **বীরহ :-** মানা কল্প-কল্পবা ফৎত্রবা মথৌনা মরিল লৈরবা মাঙহনবনি।

১৫৭- **মাধব :-** ভগবৎ ভক্তি জ্ঞান পুম্নমক্কী অধিপতিনি।

১৬৮- **মধু :-** খোইহিগী অথুম্বা অহাওবা মহাওদগী হেন্না মীনুংশি লৈবনি। মীপুম খুদিংমক্না বসন্তগী মতমদা মী পুম্নমক্কী থম্মোয় নৌবা অদুগুম্বা নুংশিবা অপেনবা পোকহনবনি।

১৬৯- **অতীন্দ্রিয় :-** ইন্দ্রিয়শিংনা থিবদা খঙবা ঙমদবনি।

১৭০- **মহামায়া :-** মায়া হৈবা জীবশিংবু মাগী মায়ানা শুমহৎপনি, পুম্নমক্কগী অহেনবা মায়াবীনি।

১৭১- **মহোৎসাহ :**- য়াম্না অকনবা অহেনবা থৌনা লৈবনি।

১৭২- **মহাবল :**- অঙাং মচাগী ফিভম ওইদুনসু পুতনানচিংবশিংগীদমক্তদি চাংদমনঙাই লৈতবা থৌনা অমদি পাঙ্গল কনবা হকচাং ওই।

**(১৯) মহাবুদ্ধির্মহাবীর্যো মহাশক্তির্মহাদ্যুতিঃ।**
**অনির্দেশ্যবপুঃ শ্রীমানমেয়াত্মা মহাদ্রিধৃক্ ।।**

১৭৩- **মহাবুদ্ধি :**- বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞান য়াম্না লৈবনি।

১৭৪- **মহাবীর্য :**- জ্ঞান লৈতবা মওং লৈবা মতমদা মতিক মগুন পুথোক্তুনা শিজিন্নবনি।

১৭৫- **মহাশক্তি :**- মতিক মগুন মথৌনা অথোইবা পাঙ্গলনি।

১৭৬- **মহাদ্যুতি :**- মঙান পুম্নমক্তগী অহেনবা মঙান লৈবনি।

১৭৭- **অনিদেশ্যবপু :**- তাকপী তম্বীবা য়াবা মতিক ওকপা হকচাং পুবা নত্তে।

১৭৮- **শ্রীমান্ :**- তৌবা ঙম্বা শক্তিগী খুদমগা লোয়নননা লক্ষ্মীগী খুদমনা থৌগনবনি।

১৭৯- **অমেয়াত্মা :**- চিৎরূপ অসি ঈশ্বর মশক ওইদুনসু বিষয়দি ঈশ্বর নত্তে।

১৮০- **মহাদ্রিধৃক্ :**- মহাক্তি ষম্বি ষনাউ গোপ গোপী প্রজাশিংবু কন্নবগীদমক্তা গোবর্ধন ধারন্ তৌবনি। দেবতা অমসুং জীবশিংবু কন্বিনবগীদমক মন্দার চিংজাও থাংগৎতুনা সমুদ্র নৈবনি।

(২০) **মহেষ্বাসো মহীভর্তা শ্রীনিবাসঃ সতাংগতিঃ।**
**অনিরুদ্ধঃ সুরানন্দো গোবিন্দো গোবিদাংপতিঃ।।**

১৮১- **মহেষ্বাস :-** অচৌবা লিরুং পায়বনি।
১৮২- **মহীভর্তা :-** পৃথিবীবু পুবীবা য়োকপী থাকপীবনি।
১৮৩- **শ্রীনিবাস :-** মাগী হকচাং অচম্বা নত্তে লক্ষ্মীগী তুংনফমনি।
১৮৪- **সতাংগতি :-** সৎপুরুষশিংনা ফংবদা মতিক চাবনি।
১৮৫- **অনিরুদ্ধ :-** মাদি সংসারদা লৈরিবা য়েক্লবা অকনবা কয়া কনানসু করিগুম্বা মফমদা চথোক-চৎশিন থিংবা ঙমদে।
১৮৬- **সুরানন্দ :-** দেবতাশিংবু নুংঙাই য়াইফনবা পীবীবনি।
১৮৭- **গোবিন্দ :-** মাংঙুরবা পৃথিবীবু ইহান হান্না মহাক্না ফংহনবনি। ইন্দ্রনচিংবা দেবতা ষনবী ষনাও ব্রাহৈ য়াথং খোন্থোক পুম্নমক্কী মপুনি।
১৮৮- **গোবিদাংপতি :-** বেদগী ব্রাহৈ পুম্নমক মুন্না খঙবনি মরমদি মঙোন্দগী থোরকপা খোন্থোকনি। পুম্নমক মাঙহন্দনা চেৎনা ঙাকপনি।

(২১) **মরীচির্দমনো হংসঃ সুপর্ণো ভুজগোত্তমঃ।**
**হিরণ্যনাভঃ সুতপাঃ পদ্মনাভঃ প্রজাপতিঃ।।**

১৮৯- **মরীচি :-** মানা সংসারদা লৈরিবা ফত্তবশিংবু মাঙহনবনি।

১৯০- **দমন :-** মানা ফত্তবা শিংবু লাকশিনবনি, মাঙহনবনি।

১৯১- **সংস :-** অশেংবা মশকনি মদুদি অশেংবা শেংদবা খঙদোক্লবা ষঙ্গোমগা ঈশিংগা খায়দোকপা ওম্বা কাংঙগী মশকনি। সংসারগী অফা-অপুন পুম্নমক মাঙহনবীবনি।

১৯২- **সুপর্ন :-** গরুরগী মশকনি।

১৯৩- **ভুজগোত্তম :-** লীন ময়ামগী মনুংদগী অথোইবা শেষ আনন্তগী মশকনি।

১৯৪ :- **হিরন্যনাভ :-** মাগী খোইদৌদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক লৈবনি।

১৯৫- **সুতপা :-** নারায়নগী ফজরবা মুর্ত্তী ওইবা তপস্বীনি।

১৯৬- **পদ্মনাভ :-** থম্বালগী মওং মানবা খোইদৌনি।

১৯৭- **প্রজাপতি :-** প্রদ্যুম্নচিংবা দেবতাশিংগী মবুংঙোনি।

(২২) **অমৃত্যুঃ সর্বদৃক্ সিংহ সন্ধাতা সন্ধিমান্ স্থিরঃ।**
**অজো দুর্মর্ষণঃ শাস্তা বিশ্রুতাত্মা সুরারিহা ॥**

১৯৮- **অমৃত্যু :-** শিবা নাবা লৈতবনি। নিত্যনি।

১৯৯- **সর্বদৃক :-** পুম্নমকপু উবনি। পুম্নমক য়েংবনি।

২০০- **সিংহ :-** তাইবং পানবদা লৈরিবা অকন অথৌ পুম্নমক মখোয়বু হাৎনবগীদমক নোংশাগুম্না থৌনা লৈবা পাঙ্গনবনি।

২০১- **সন্ধাতা :-** যুধিষ্ঠিরগী দুৎ ওইদুনা লান তৌনদনবা পাউ পুদুনা চৎপনি।

২০২- **সন্ধিমান :-** সংসারদা পুম্নমক নুংঙাইনা লৈমিন্নবা দূৎকী কর্ম্ম তৌবনি।

২০৩- **স্থির** :- ভক্তশিংগী থস্মোয়দা লেংদনা লৈবনি।

২০৪- **অজ** :- হামেং লাবগুস্বনি। অমনা শিশুপালনচিংবদা চক্র লংবনি।

২০৫- **দুর্মর্ষন** :- মাগী পাঙ্গনদি লানফমদা দেবতা, মীওইবা গন্ধর্বা হিংচাবা লীল, পুমমক খাণ্ডবা ণ্ডমহন্দে।

২০৬- **শাস্তা** :- ফৎত্রবা য়েক্লবশিং দন্দী পীবনি।

২০৭- **বিশ্রুতাত্মা** :- শাস্ত্রদা ফাওরিবা বেদনা তাক্লিবা বিরাৎ মুর্ত্তি ওইবা হকচাংনি।

২০৮- **সুরারিহা** :- দেবতাগা য়েক্লবা নরকাসুরনচিংবা হিংচাবা মাণ্ডহনবনি।

(২৩) **গুরুর্গুরুতমো ধামঃ সত্যঃ সত্যপরাক্রমঃ।**
**নিমিষোহ নিমিষঃ স্রগ্বী বাচস্পতিরুদারধী ঃ।।**

২০৯- **গুরু** :- পাউতাক পীবা, অমনা জ্ঞান তাদবা অপংবা মাণ্ডহনবীবনি।

২১০- **গুরুতম** :- পাউতাক পীবশিংগী মরক্তগী অথোইবনি।

২১১- **ধাম** :- জীবশিংগী অপাম্বগী তুংনফমনি।

২১২- **সত্য** :- ভূৎ, ভবিষ্য, বর্ত্তমান মতম অহুমমক্তা অপন-অরাক লৈতবা ঈশ্বরনি।

২১৩- **সত্যপরাক্রম** :- অপনবা পীবা ঙমদবা মতিক মগুন লৈবনি।

২১৪- **নিমিষ** :- য়াম্না মুন্না উবা অমদি য়েংবনি।

২১৫- **অনিমিষ :**- মিৎ কুপ্তুনা য়েংবা করিগুম্বা মতমদা উদবা হায়বা লৈত্রবা।

২১৬- **স্রগ্বী :**- বৈজয়ন্তি মালা কৌবা লৈ পরেং থোনবনি।

২১৭- **বাচস্পতিরুদারধী :**- বেদগী মশক ওইবা উপদেশ অদুগী মবুঙোনি। চাংদমনিংঙাই লৈতবা বুদ্ধিগী মশকনি।

**(২৪) অগ্রণীগ্রামণীঃ শ্রীমান্ ন্যাযো নেতাসমীরণঃ।**
**সহস্রমূর্দ্ধা বিশ্বাত্মা সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাৎ॥**

২১৮- **অগ্রনী :**- পুম্নমক্কী মমাঙদা হান্না পূজা তৌনরিবনি।

২১৯- **গ্রামনি :**- মথুরাদা লৈবা মী কাঙলূপ খুদিংমক সমুদ্র ময়াদা পুরগা দ্বারকা খুঙ্গং শেমদুনা লৈবনি। পুম্নমক্কগী অথোইবা মহাক্লি।

২২০- **শ্রীমান্ :**- পুম্নমক্কগী হেন্না মতিক মঙান পুবা লক্ষ্মীনা লৈতেংবনি।

২২১- **ন্যায় :**- শ্রুতি, স্মৃতি পুরানগী অর্থ খণ্ডবনা মরম ওইদুনা ময়াম্না খণ্ডনরিবনি।

২২২- **নেতা :**- মানা সংসারদা লৈরিবা পুম্নমক্কী মশা মশানা তৌজবা মহৈ পীনবীবনি।

২২৩- **সমীরন্ :**- য়াম্না নীংথিজনা ফজবা ৱাহৈ ৱাতা ঙাংবনি।

২২৪- **সহস্রসূর্দ্ধা :**- কোক লিশিং লিশিং পানবনি।

২২৫- **বিশ্বাত্মা :**- বিরাটমুর্ত্তি ওইবনা সংসারদা লৈরিবা মখল খুদিংমক মাগী মশকনি।

২২৬- **সহস্রাক্ষ :-** পুম্নমকপু ঙাক শেনবা মপু ওইবনা পুম্নমক উবা মিৎ লিশিং পানবনি।

২২৭- **সহস্রপাত্ :-** মাদি জগৎ অসি শিনবা থুংনা চৎপা কোইবনা মখোঙ লিশিং পানবনি।

**(২৫) আবর্তনো নিবৃত্তাত্মা সংবৃত ঃ সংপ্রমর্দনঃ।**
**অহঃ সংবর্তকো বহ্নিবনিলো ধরনীধরঃ।।**

২২৮ **আবর্তন :-** মানা ধর্ম্ম কনবা ঙাক্লবা মাঙদনবা হন্না মুর্ত্তি কযা পুথোক্লুনা অবতার তৌবনি।

২২৯ **নিবৃতাত্মা :-** অপাম মিহৌ পুম্নমক্তগী মায লৈথোক্লবা মানা ব্রজগী মপুবোইবশিংনা চথোকপা থিংলবী ব্রজ গোপীশিংগী প্রেমদা পুক্নিং লুপ্লবনি।

২৩০ **সংবৃত :-** যোগমাযানা কুপশিল্লবা সংসারবনি।

২৩১- **সংপ্রমর্দন :-** ফৎত্রবা হিংচা-যাইতম্বশিংবু নিংথিজনা লাকশিনবা মাঙহনবনি।

২৩২- **অহসংবর্তক :-** নুমিৎকী মশক লৌদুনা মতম নিযম শিজিন্নবনি।

২৩৩ **বহ্নি :-** দেবতাশিংদা হবি চরু কৎপা হবিশিংবু মৈগী মশক লৌদুনা পুম্নমক লৌবনি।

২৩৪- **অনিল :-** ফৎত্রবা কংসবু হাৎতুনা পৃথিবীবু উগ্রসেন্দা শিন্নবনি। মাদি পৃথিবীগীদমক্তা মপু ওইবা নত্তে। রুক্মিনীদা পুক্নিং হাপ্লুবদগী পুক্নিং পোথাদে তুমদে। নুংশিৎকা মান্নবনি।

২৩৫- **ধরনীধর :**- পৃথিবীবু পুবনি ধারন তৌবনি।

(২৬) **সুপ্রসাদঃ প্রসন্নাত্মা বিশ্বধৃগ্ বিশ্বভুগ্‌বিভুঃ।**
**সংকর্তা সংকৃতঃ সাধুঃ জহ্নুর্নারায়ণো নরঃ ॥**

২৩৬- **সুপ্রসাদ :**- য়াম্না হরাওবগা লোয়ননা পুম্নমক ফংহনবীবনি।

২৩৭- **প্রসন্নাত্মা :**- চংজরক্লবা মনাই ভক্তশিংগী অশোয় অঙাম অরানবা কয়া য়াওদুনসু ৱারৌদনা হরাওবা পুক্নিং ওইবনি।

২৩৮- **বিশ্বধৃক :**- মঙোন্দা তাইবং পানবা পুম্নমক লৈ। পুম্নমক লৈবা তাইবংপান অদু মানা পুবনি।

২৩৯- **বিশ্বভুক্ :**- তাইবংপান পুম্নমক পালন পোষন তৌবনি।

২৪০- **বিভু :**- মাদি মশক তোঙান-তোঙানবা মওং হোংদুনা ময়ামদা উৎপনি।

২৪১- **সংকর্তা :**- ধর্ম্ম ঙাক্লবা অমদি কন্নবা ষন অমদি ব্রাহ্মন পূজা তৌবনি।

২৪২- **সংকৃত :**- পূজা তৌবশিংনা মতম পুম্নমক্তা মাবু পূজা তৌবনি।

২৪৩- **সাধু :**- অচুম্বা লমরেল বিচারদা ময়ামগী কান্নবদা মতেং পাংই।

২৪৪- **জহ্নু :**- প্রলয়গী মতমদা জীব পুম্নমক মাঙহন্নবনি। থৌ শিনবনি। গঙ্গাবু থকচিনবা অমুক থাদোকপা ঙম্বা জহ্নুমুনিগী মশকনি।

২৪৫- **নারায়ণ :-** তত্ত্বগী হিরম খুদিংমক্কী তুংনফমনি। ঈশিংগী লৈফমনি।

২৪৬- **নর :-** জীবশিংবু কর্মদা লমজিংবনি অমসুং কর্ম্মগী মহৈ পীবীবনি।

**(২৭) অসংখ্যেয়োহ প্রমেয়াত্মা বিশিষ্টঃ শিষ্ট কৃচ্ছুচিঃ।**
**সিদ্ধার্থঃ সিদ্ধসংকল্পঃ সিদ্ধিদঃ সিদ্ধি সাধনঃ।।**

২৪৭- **অসংখ্যেয :-** মশিং থিবা ঙমদবা করিগুম্বা মওং মখল অমত্তদা হায়বা ঙমদবা। ব্রাহৈ অমসুং পুক্লিংনা খঙবা ঙমদবা।

২৪৮- **অপ্রমেয়াত্মা :-** মাগী ব্রাহৈ ব্রাতা পুক্লিংনচিংবনসু নিংথিজনা ভাব তাবা ঙমদে।

২৪৯- **বিশিষ্ট :-** পুম্নমক্তগী অথোইবা অহেনবা।

২৫০- **শিষ্টকৃত :-** লমচৎ ফজহনবা পুম্নমক য়োকপা থাকপনি ফৎত্রবশিংবুসু অফবা লম্বী চিংবীদুনা শেম্বীবনি।

২৫১- **শুচি :-** অফবা ফিজেৎ লৈতেং শেম্বীবগুম্না মখোয়গী ব্রাখল শেমদোক্লবা অরেপ্পা ব্রাখল লৈবনি।

২৫২- **সিদ্ধার্থ :-** মশাগী অপাম্বা খুদিং ফংলবা নীংবা থুংলবা।

২৫৩- **সিদ্ধসংকল্প :-** মাগী অনীংবা পুম্নমক ফংহনবা। অচেৎপা ব্রাখল চেনবা মহাক্লি।

২৫৪- **সিদ্ধিদ :-** মুক্তিগী মশক ওইবা সিদ্ধি পীনবীবনি।

২৫৫- **সিদ্ধি সাধন :-** ধর্ম্ম, অর্থ, কাম পুম্নমক্কী মতাংদা মরম চানা পুম্নমকপু সিদ্ধ ওইহনবনি পাঙথোকপা য়াহনবীবনি।

(২৮) **বৃষাহী বৃষভো বিষ্ণুবৃর্ষপর্বা বৃষোদরঃ।**
**বর্দ্ধনো বর্দ্ধমানশ্চ বিবিক্তঃ শ্রুতিসাগরঃ ॥**

২৫৬- **বৃষাহী :-** ধর্ম্মগী মশক ওইদুনা দ্বাদশাহানচিংবা যজ্ঞ পাঙথোকপনি।

২৫৭- **বৃষভ :-** মাগী মাগী অপাম্বা পীবনি।

২৫৮- **বিষ্ণু :-** লোক পুম্নমক লান তৌদুনা লাকশিনবনি।

২৫৯- **বৃষপর্বা :-** ধর্ম্মদগী ফংবনি, ধর্মতনা মরম ওইদুনা ফংগদবনি।

২৬০- **বৃষোদর :-** ধর্ম্মবু ঙাক্লবা শন্দোক্লবা পুক্লুংদা লেংদনা থম্বনি।

২৬১- **বর্দ্ধন :-** ভক্তশিংনা অঙম্বা খরদং হোৎনবদা মতেং পাংবীদুনা মপূং ফাহনবীবনি।

২৬২- **বর্দ্ধমান :-** মহাক্কী মনাই ভক্তশিংদা পীখিবা মপোৎ মচৈ পুম্নমক ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক নমথাক মিনম্বা য়াওদনা চাওখৎহনবনি হেনগৎহনবনি।

২৬৩- **বিবিক্ত :-** য়াম্না লুবা অশেংবনি। অমোৎপা অনৈবা য়াওদবনি।

২৬৪- **শ্রুতিসাগর :-** বেদনা মরম ওইদুনা কান্নবা ভাব অর্থ ওইবনা শ্রুতিসাগরগা মান্নবনি।

(২৯) **সুভুজো দুর্ধরো বাগ্মী মহেন্দ্রো বসুদো বসুঃ।**
**নৈ করূপো বৃহদ্রুদ্ধপঃ শিপিবিষ্টঃ প্রকাশনঃ ॥**

২৬৫- **সুভুজ :-** ফজবা পাম্বোম লৈতেংবনি।

২৬৬- **দুর্ধর :**- অরান খুভম ফংনীংবা জীবশিংনা হোৎনজগদবা থৌরম তরাইদবা।

২৬৭- **বাগ্মীং :**- পুম্নমকপু নুংঙাইহনবসিগী মতিক মগুন থাগৎপা ব্রাহ্নে ঙাংবা।

২৬৮- **মহেন্দ্র :**- ইন্দ্রনা দেবতাশিংগী অথোইবনি। অদুগুম্বা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগীসু বিষ্ণুনা অথোইবনি।

২৬৯- **বসুদ :**- পুম্নমকপু লন-থুম পীবীবনি।

২৭০- **বসু :**- লন-থুমগী মশক ওইবনি, অমনা মথুরাদা লৈবনি।

২৭১- **নৈ করূপ :**- শকলোন য়াম্না পুবা অবতারধারিনি।

২৭২- **বৃহদ্রূপ :**- বরাহ অবতার তৌদুনা পৃথিবীপুবনি।

২৭৩- **শিপিবিষ্ট :**- কনানো মাদি-যজ্ঞগী মশক ওইনা লৈবনি।

২৭৪- **প্রকাশন :**- সংসার পুম্নমক মঙান পীদুনা ঙানহনবীরিবনি।

(৩০) **ওজস্তেজোদ্যুতি ধরঃ প্রকাশাত্মা প্রতাপনঃ।**
**ঋদ্ধঃ স্পষ্টাক্ষরো মন্ত্রশ্চন্দ্রাং শুর্ভাস্করদ্যুতিঃ।।**

২৭৫- **ওজস্তেজোদ্যুদিধর :**- থব্রাই চাওবা মতিক মগুন মথৌনা লৈবা মঙানগা লোয়ননা দেহ ধারন তৌবনি।

২৭৬- **প্রকাশত্মা :**- হকচাংদা মঙানগা লোয়নবনি।

২৭৭- **প্রতাপন :**- নুমিৎকী মশক লৌদুনা তাইবংপানববু মৈশা পীবনি।

২৭৮- **ঋদ্ধ :**- মতম পুম্নমক্তা মপূং ফানা লৈবনি ময়েং তাবা লৈতবনি।

২৭৯- **স্পষ্টাক্ষর :-** প্রানস্বরূপনি, জীবশিংগী থব্রায়গী মশকনি।

২৮০- **মন্ত্র :-** বিচার তৌরগা খঙগদবা মন্ত্রগী মশকনি।

২৮১- **চন্দ্রাংশু :-** মাগী মঙান্না মীওইবদা অইংবা নুংঙাইহনবগুম্না ব্রাহন্দে।

২৮২- **ভাস্করদ্যুতি :-** মহাকতি নুমিৎকী মঙানগুম্না মঙান থোকহনবনি।

(৩১) অমৃতাংশূদ্ভবো ভানুঃ **শশবিন্দুঃ সুরেশ্বরঃ।**
**ঔষধং জগতঃ সেতুঃ সত্যধর্মপরাক্রমঃ।।**

২৮৩- **অমৃতাংশূদভব :-** সমুদ্রনৈদুনা থা পুথোক্তুনা ঙালহনবনি।

২৮৪- **ভানু :-** মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈবনি।

২৮৫- **শশবিন্দু :-** থা ওইনা লৈদুনা সংসারদা লৈরিবা মনা-মশিং, হিদাক লাংথকশিংবু শেম্বনি য়োকপনি।

২৮৬- **সুরেশ্বর :-** দেবতাশিংগী মবুঙোনি মপুনি।

২৮৭- **ঔষধম :-** সংসারদা লৈরিবা অনাবা থিংবদগী হীদাক ঔষধং কৌই।

২৮৮- **জগতসেতু :-** সংসারবু পন ওইনা শিজিন্নবনি, লৌরিনি।

২৮৯- **সত্যধর্ম্মপরাক্রম :-** সত্যধর্ম্ম অমদি জ্ঞানগী মতিক মগুন পুদুনা থৌনা লৈনা লোয়নবনি চানবীবনি।

(৩২) **ভূতভব্যভবন্নাথঃ পবনঃ পাবনোহনলঃ।**
**কামহা কামকৃৎ কান্তঃ কাম কামপ্রদঃ প্রভুঃ ।।**

২৯০- **ভূবভব্যভবন্নাথ :**- ভুত, ভবিষ্য, বর্ত্তমান হায়রিবা কাল অহুম অসিগী মপুনি।

২৯১- **পবন :**- মাদি নুংশিংকী মশকনি।

২৯২- **পাবন :**- মাদি অরূবা অশেংবা পুম্নমক্তগী অহেনবনি অথোইবনি।

২৯৩- **অনল :**- মাদি সংসারদা লৈরিবা জীবশিংগী অপুনবা মশকনি। অমসুং মৈগী মশকনি।

২৯৪- **কামহা :**- ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা পুক্লিংনচিংবা কাম্নাশিংবু ককথৎপীবনি মাঙহনবনি।

২৯৫- **কামকৃত :**- প্রদ্যুম্নবু পোকপা মহাক্লি।

২৯৬- **কান্ত :**- ফজবা কৌবদু মহাক্লি।

২৯৭- **কাম :**- মুক্তি ফংলবশিংগী চান্নবনি।

২৯৮- **কামদ :**- সংসারগী জীবশিংগী অপাম্বা পীনবীবনি, নীংবা থুংহনবনি।

২৯৯- **প্রভু :**- মঙানগী মশক ওইনা ফোঙদোকপনি।

(৩৩) **যুগাদিকৃদ্ যুগাবর্তো নৈকমায়ো মহাশনঃ।**
**অদৃশ্যোহব্যক্তরূপশ্চ সহস্রজিদনন্তজিৎঃ ।।**

৩০০- **যুগাদিকৃত :**- যুগ অহানবা হৌদোরকপসি মানি।

৩০১- **যুগা বর্ত :**- শেমদোক শাদোকপা হৈবনা সত্য ত্রেতানচিংবা যুগ হৌদোকপনি।

৩০২- **নৈকমায :**- মায়া পুম্নমক্কী মপুনি, মায়া য়াম্না হৈবনি।

৩০৩- **মহাশন :**- মাদি চারিমখৈ ওস্বা য়াম্না চাগনবনি।

৩০৪- **সদৃশ্য :**- ইন্দ্রিশিংনা থিবা ঙমদবনি। উবা ঙমদবনি।

৩০৫- **ব্যক্তরূপ :**- অচৌবা মুর্ত্তি ওইনা অবতার তৌবনি।

৩০৬- **সহস্রজিত :**- মশিং খঙদবা হিংচাবশিং জয় ওস্বনি।

৩০৭- **অনন্তজিত :**- মাদি চাংদমনিংঙাই লৈতবা হিংচা য়াইতস্বা পুম্নমক মায়থীবা পীবনি।

**(৩৪) ইষ্টো বিশিষ্টঃ শিষ্টেষ্টঃ শিখণ্ডী নহুষো বৃষঃ।**
**ক্রোধহা ক্রোধকৃৎ কর্তা বিশ্ববাহুর্মহীধরঃ ।।**

৩০৮- **ইষ্ট :**- য়াম্না নুংঙাইবা ব্রহ্ম ওইবনা সংসারদা লৈবা জীবশিংগী অপাম্বা বিষয়গী মশকনি। পুম্নমক্না পূজা তৌনবনি।

৩০৯- **বিশিষ্ট :**- পুম্নমক্ত মীগী থম্মোয় মুন্না খঙবা অথোইবনি।

৩১০- **শিষ্টেষ্ট :**- জ্ঞানিশিংগী নুংশিনফমনি। মখোয়না লুনা নিংজবনি।

৩১১- **শিখণ্ডী :**- ব্রাহোং চুরা থেৎপা গোপগী মশক লৌবনি।

৩১২- **নহুষ :**- মাগী মায়ানা মরম ওইদুনা জীবশিংবু পুনবনি ফাবনি।

৩১৩- **বৃষ :**- অপাম্বা কামনাশিংবু অন্নাৎপা লৈতনা পীবীবনি।

৩১৪- **ক্রোধহা :**- মনাই মশনশিংগী অশাওবা মাঙহনবীবনি।

৩১৫- **ক্রোধকৃৎকর্তা :**- শাওরবা হিংচাবশিংবু লাকশিনবনি মাঙহনবনি।

৩১৬- বিশ্ববাহু :- সর্গ, মর্ত্ত, পাতাল মরোল অহুম্না পান্বোম ওইবনি।

৩১৭- মহীধর :- ইরাৎপৃজা পুম্নমক হকচাংদা পুবনি।

**(৩৫) অচ্যুতঃ প্রথিতঃ প্রাণঃ প্রাণদো বাসবানুজঃ।**
**অপাংনিধির ধিষ্ঠান মপ্রমত্তঃ প্রতিষ্ঠিত ঃ।।**

৩১৮- **অচ্যুত :-** মনাই ভক্তশিংগীদমক্তি মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি। মশক্তি উদে।

৩১৯- **প্রথিত :-** জগত্তা লৈরিবা গুন পুম্নমক্কী মিংচৎ লৈবিবনি।

৩২০- **প্রান :-** নোংখোংবগী মতৌগুম্না লুম্না চিং লেম্না ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবনি।

৩২১- **প্রানদ :-** ভক্তশিং ঙাক্লবগীদমক শক্তি থৱাই ফাওবা পীবনি।

৩২২- **বাসবানুজ :-** ইন্দ্রগী মনাওনুপাগী মশক লৌদুনা বামোন অবতার তৌবনি।

৩২৩- **অপাংনিধি :-** সমুদ্রগী মশক ওইবনি।

৩২৪- **অধিষ্ঠান্ :-** জীবদা লৌনম অসি ফংনবা কারন্নি। তুংনফমনি।

৩২৫- **অপ্রমত্ত :-** থবক ইনখাং খুদিংদা য়াম্না চেকশিন্না শোয়দনমক হোৎনবনি।

৩২৬- **প্রতিষ্ঠিত :-** মাগী মতিক মগুন্দা ইকাইখুম্নবনি।

(৩৬) **স্কন্দঃ স্কন্দধরোধুর্যো বরদো বায়ুবাহনঃ।**
**বাসুদেবো বৃহদ্‌ভানুরাদিদেবঃ পুরন্দরঃ।।**

৩২৭- **স্কন্দ :-** নুংশিৎ মশক লৌদুনা অফ-ফত্ত পুম্নমক শেংদোকপনি।

৩২৮- **স্কন্দধর :-** নুংশিৎপু হকচাংদা ধারন তৌবনি লোয়নবনি।

৩২৯- **ধুর্য :-** অপোকপা ওইনা সংসারবু পুবীবনি।

৩৩০- **বরদ :-** অপাম্বা খুদিংমক বর পীবগী মশক ওইনা পীনবীবনি।

৩৩১- **বায়ুবাহন :-** নুংশিৎকা মান্ননা য়াংবা গরুরদা শাদোং ওইবনি।

৩৩২- **বাসুদেব :-** বসুদেবগী মচানি দেবতা পুম্নমক মাগী মশাদা তিনবনি।

৩৩৩- **বৃহদ্‌ভানু :-** নুমিৎ থা মশক ওইদুনা মঙান পুম্নমক পুবনি।

৩৩৪- **আদিদেব :-** শান্ন-খোৎনবা মশানা খুদিংমক মানা হৌদোকপনি। হৌদোকপা ওইদুনসু মাসু শানরি।

৩৩৫- পুরন্দর :- হিংচা য়াইতম্বশিংগী লৈফম লৈপাকপু মাংহনবীবনি।

(৩৭) **অশোকস্তারণস্তারঃ শূরঃ শৌরিজনেশ্বরঃ।**
**অনুকূল শতাবর্তঃ পদ্মী পদ্ম নিভেক্ষণঃ।।**

৩৩৬- **অশোক :-** অৱা অনা খুদোংথিবা লৈতবা।

৩৩৭- **অরন :**- ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু লম্বী লাম্হোকপীবা।

৩৩৮- **তার :**- শিশুপাল কংসনচিংববু লানবীবা।

৩৩৯- **শূর :**- মতিক মথৌনা য়াম্না লৈবা।

৩৪০- **শৌরি :**- শূর বংশদা পোকপা।

৩৪১- **জনেশ্বর :**- জীব পুম্নমক্কী মবুংঙো ঈশ্বরনি।

৩৪২- **অনুকূল :**- ঈশ্বরগী মশক ওইদুনা পুম্নমক তেংবাংবীবনি।

৩৪৩- **শতাবর্ত :**- মশীং লাকঙমদবা অবতার মখল মখল তৌবনি।

৩৪৪- **পদ্মী :**- খুত্তা থম্বাল পায়বনি।

৩৪৫- **পদ্মনি ভেক্ষন :**- থম্বালগা মান্নবা মিত্তানি।

(৩৮) **পদ্মনাভোহরবিন্দাক্ষঃ পদ্মগর্ভঃ শরীরভৃৎঃ।**
**মহর্দ্ধি ঋদ্ধো বৃদ্ধাত্মা মহাক্ষো গরুড়ধ্বজঃ।।**

৩৪৬- **পদ্মনাভ :**- থম্বাল শাংপা খৌইদৌনি খোইদৌদা থম্বাল শাংপনি।

৩৪৭- **অরবিন্দাক্ষ :**- থম্বাল লকা মান্নবা মিত্তানি।

৩৪৮- **পদ্মগর্ভ :**- থম্মোইগী থম্বালনুংদা লৈরিবা নীংগদবা ব্রহ্মনি। গর্ভধারন্‌গুম্না হৃদি পুক্নুংদা লৈবনি।

৩৪৯- **শরীরভৃৎ :**- চানবা চীঞ্জাক্কী মশক ওইনা হকচাংবু য়োক থাক্লিবনি। জীবগী মশক ওইনা হকচাংবু লোয়নবীবনি।

৩৫০- **মহর্দ্ধি :**- অতৎপা লৈতনা চাওখৎপনি।

৩৫১- **ঋদ্ধ :**- নমথাক্কী মশক ওইদুনা অহল ওইবগুম ওইরকপনি।

৩৫২- **বৃদ্ধাত্মা :**- খ্বাইদগী লীরবা আত্মা হায়বসি য়াম্না কুইরবনি।

৩৫৩- **মহাক্ষ :**- মতিক মগুন্ লৈবা ইন্দ্রিয়শিংনি।

৩৫৪- **গরুড়ধ্বজ :**- গরুড়গী ফিরান থেৎপনি। গরুড়না মাগী শাদোং ওইবনি।

(৩৯) **অতুলঃ শরভো ভীমঃ সময়জ্ঞো হবির্হরিঃ।**
**সর্বলক্ষণলক্ষণ্যো লক্ষ্মীবান্ সমিতিঞ্জয়ঃ॥**

৩৫৫- **অতুল :**- চাংদমনিংঙাই লৈতবা।

৩৫৬- **শরভ :**- মাগী মশাদা ঈশ্বরগী ফিদম ওইবা য়াম্না নীংথিজবা হকচাং পুবনি, চৎনীংবা মায়কৈদা চোংবা অয়াংবা ব্রাখলনি।

৩৫৭- **ভীম :**- মাবু হেক উবদা পুম্নমক্তা কিবা ফিভমনি। পুম্নমকপু অকিবা পোক্কুন্মি।

৩৫৮- **সময়জ্ঞ :**- ময়ামগী শীজিন্নরিবা মতমবু মুন্না খঙবনি।

৩৫৯- **হবির্হরি :**- যজ্ঞদা কৎলিবা পোৎ পুম্নমকপু চাবনি।

৩৬০- **সর্বলক্ষণলক্ষণ্য :**- প্রমানশিংদগী ফংলক্লিবা জ্ঞান পুক্নিং লৌশিং য়াম্না হৈশিংবনি।

৩৬১- **লক্ষ্মীবান্ :**- নুমিৎ খুদিংগী মতম লৈবা খিবিক্তা থবাক্তা লক্ষ্মী চিহ্ন ধারন তৌবনি।

৩৬২- **সমিতিঞ্জয় :-** মাদি লানফম খুদিংদা লান ঙম্বনি।

(৪০) **বিক্ষরো রোহিতো মার্গো হেতুর্দামোদরঃ সহঃ।**
**মহিধরো মহাভাগো বেগবানমিতাশন ঃ**

৩৬৩- **বিক্ষর :-** অমাঙ-অংতা লৈতবনি।

৩৬৪- **রোহিত :-** মাদি ঙাগী মুর্ত্তি ওইনা অবতার তৌবনি।

৩৬৫- **মার্গ :-** বেদগী ৱাহৈ তারগা অফ ফত্ত থিজিনবনি।

৩৬৬- **হেতু :-** মরম খুদিংমক্ ফংনবা হোৎনদুনা লৌশিনবনি।

৩৬৭- **দামোদর :-** থোইদোক হেন্দোক্লা অথোইবা বুদ্ধি লৈবনি।

৩৬৮- **সহ :-** পুম্নমক খাংবা কনবা খাংবা ঙম্বনি।

৩৬৯- **মহীধর :-** চীংগী মশক ওইদুনা পৃথিবীবু পুবনি।

৩৭০- **মহাভাগ :-** মাদি লাইবক ফবা অমনি।

৩৭১- **বেগবান :-** পুক্লিংদগী হেন্না য়াংবনি।

৩৭২- **অমিতাশন :-** পুম্নমক মাঙবা মতম প্রলয়দা পুম্নমকপু গর্ভদা চীংশিনবনি চাশিনবনি।

(৪১) **উদভবঃ ক্ষোভণো দেবঃ শ্রীগর্ভঃ পরমেশ্বরঃ।**
**করণং কারণং কর্তা বিকর্তা গহনো গুহঃ।।**

৩৭৩- **উদভব :-** মহাক্তি জগৎ পুথোকপগী পোক্লকপগী কারননি।

৩৭৪- **ক্ষোভন :-** জগৎ শেম্বা মতমদা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ পুন্দুনা শেম্বদা পুক্লিং চঙই, পুক্লিং ঈরাং লাংই।

৩৭৫- **দেব :**- মখল খুদিংমক্কী মশানা শানবনি।

৩৭৬- **শ্রীগর্ভ :**- জগৎকী মশক ওইবা শ্রী অমদি মতিক মগুণ লন-থুম পুম্নমক গর্ভদা ধারন পুবনি।

৩৭৭- **পরমেশ্বর :**- অথোইবা ঈশ্বরনি।

৩৭৮- **করণম :**- থবক ইনখাং চাওখৎলকপদা থোইদোক্লা তেংবাংবীবনি।

৩৭৯- **কারণম্ :**- তোঙানবা মওংদা সিদ্ধিনা কান্নবা ফংদ্রবা মতমদা থবক ইনখাংগী অরেপ্পা মশক্লা অহানবদা লৈরম্বা কারনগী মশকনি।

৩৮০- **কর্তা :**- লৈবাক্তগী থোকপা ধাতুশিংগী মখল খায়দোকপদা তেংবাংবা মকোকনি।

৩৮১- **বিকর্তা :**- চাংদমনিংঙাই মশক্লা থবক ওইনা পাঙথোকপা।

৩৮২- **গহনো :**- য়াম্না ৱানা পাঙথোকপা, হোৎনবা মানি।

৩৮৩- **গুহ :**- মাগী মশক লোৎপা খঙহন্দবা।

(৪২) **ব্যবসায়ো ব্যবস্থানঃ সংস্থানঃ স্থানদো ধ্রুবঃ।**
**পরর্দ্ধিঃ পরম স্পষ্টস্তুষ্ট ঃ পুষ্টঃ শুভেক্ষণঃ ।।**

৩৮৪- **ব্যবসায় :**- বুদ্ধি জ্ঞানগী মশকনি।

৩৮৫- **ব্যবস্থান :**- পুম্নমক্কী তুংনফমনি লৈফমনি।

৩৬৬- **সংস্থান :**- প্রলয়গী মতমদা জগৎ সংসার পুম্নমক লৈফমনি লৈরিবনি।

৩৮৭- **স্থানদ :**- বৈকুন্ঠনচিংবা মফম দেবতাশিংগীদমক শেম্বীবা পীবনি।

৩৮৮- **ধ্রুব :**- লেংদনা লৈবা মাগী মশক্লা সংসারগী থবক পুম্নমক হৌদোকপীবা লুচিংবনি।

৩৮৯- **পরর্দ্ধি :**- পুম্নমক্তগী অহেনবা অথোইবা ওইনা চাওখৎপনি।

৩৯০- **পরমস্পষ্ট :**- মীগী মতেং য়াওদনা মশা মথন্তনা মঙান চেঞ্জবা জ্ঞানগী মশকনি।

৩৯১- **তুষ্ট :**- মতম পুম্নমক্তা অৱা-অনা লৈতবা পেনবা নুংঙাইবগী মশকনি।

৩৯২- **পুষ্ট :**- পুম্নমকপু য়োকপী থাকপীবা বিষ্ণুগী মশকনি।

৩৯৩- **শুভেষন :**- তাইবংপান্দা লৈরিবা মীশিংগী অপান্বা পোৎ খুদিংমক পীবীবনি।

(৪৩) **রামোবিরামোবিরজো মার্গো নেয়ো নয়োহনয়ঃ।**
**বীরঃ শক্তিমতাং শ্রেষ্ঠো ধর্মো ধর্মবিদুত্ত মঃ।।**

৩৯৪- **রাম :**- যোগীশিংনা মাবু নীংজবা পামজবনি। নুংঙাইনবনি যোগীশিংবু নীংহনবা পামহনবা মাদি ঈশ্বরনি।

৩৯৫- **বিরাম :**- জগৎ পুম্নমকপু পোখাবা ফংহল্লি।

৩৯৬- **বিরজ :**- রজ গুন চেন্দবনি।

৩৯৭- **মার্গ :**- মাদি ব্রহ্ম ফংনবা লম্বী শিনবীবনি তাকপীবনি।

৩৯৮- **নেয় :**- বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়দা ফংহনবনি।

৩৯৯- **নয় :**- মনাইশিংনা নীংজবা ৱাখল খরদংদা ওইরবসু লৌশিনবীবনি।

৪০০- **অনয় :**- ভক্ত নত্তবা জীবশিংনা মখল মখল য়াম্না পীরবসু কৎলবসু লৌবীদবা মহাকনি।

৪০১- **বীর :**- লানফমদা, দান তৌবদা অচুম্বদা থবক্তা থৌজান হৈবদা পুম্নমক্তগী অথোইবনি।

৪০২- **শক্তিমতাং শ্রেষ্ঠ :**- মতিক মগুন লৈবশিংগী মনুংদগী অথোইবনি।

৪০৩- **ধর্ম :**- ধর্ম্ম মশানা শিজিন্নবা অমদি মীঙোন্দা ধর্ম্ম তাকপীবনি।

৪০৪- **ধর্মবিদুওম :**- ধর্ম খঙবশিংগী মনুংদা অথোইবনি।

(৪৪) **বৈকুন্ঠঃ পুরষঃ প্রাণঃ প্রাণদঃ প্রণবঃ পৃথুঃ।**
**হিরণ্যগর্ভঃ শত্রুঘ্নো ব্যাপ্যো বায়ুরধোক্ষজঃ।।**

৪০৫- **বৈকুন্ঠ :**- ভক্তশিংগী ফংনিংঙাই ওইবা মফমনি।

৪০৬- **পুরুষ :**- মতিক চাবা মপুং ফাবা য়ুমগী মশকনি।

৪০৭- **প্রান্ :**- বেদগী মশকনি।

৪০৮- **প্রানদ :**- ব্রহ্মাগীদমক বেদ পীবীবনি।

৪০৯- **প্রনব :**- দেবতাশিংনা মাবু স্তুতি তৌই। ওঁ হায়না।

৪১০- **পৃথু :**- মফম খুদিংমক শিনবা থুংবা খঙনবনা রাজা পৃথুগী মশকনি।

৪১১- **হিরন্যগর্ভ :**- থোইদোক হেন্দোকপা অঙাংগী মুর্ত্তিনি।

৪১২- **শত্রুঘ্ন :**- য়েক্কশিংবু মায়থীবা পীবনি।

৪১৩- **ব্যাপ্ত :**- মফম পুম্নমক শিনবা থুংনা লৈবা শন্দোক্লিবনি।

৪১৪- **বায়ু :**- মফম খুদিংমক্তা চৎপনি।

৪১৫- **অধোক্ষজ :**- মাদি ইন্দ্রিশিংনা মীৎনা উবা ঙমদবা জ্ঞান্না খঙবা ঙমদবনি।

**(৪৫) ঋতুঃ সুদর্শনঃ কালঃ পরমেষ্ঠী পরিগ্রহঃ।**
**উগ্রঃ সংবৎসরো দক্ষো বিশ্রামো বিশ্বদক্ষণঃ।।**

৪১৬- **ঋতু :**- বসন্ত ঋতুগী মশকনি।

৪১৭- **সুদর্শন :**- য়েংবদা ফজনা উবনি।

৪১৮- **কাল :**- মাগী মশকপু কাল কৌই মতমবু কাল কৌই।

৪১৯- **পরমেষ্ঠী :**- পুম্নমক্তগী অথোইবা মফমদা লৈববু পরমেষ্ঠী কৌই।

৪২০- **পরিগনহ :**- অরানখুভম ফংলবশিংনা অতোপ্পা দেবতাশিং থাদোকপা য়াহনলি।

৪২১- **উগ্র :**- সংসারদা মাঙনিংঙাই ওইবা হুগী শরুকপু য়োৎশিন্দুনা মাঙহনবা শিবগী মশকনি।

৪২২- **সংবৎসরং :**- থবক খুদিংমক্তা মতম হায়বা কালগী মশক লৌদুনা নিংথিজনা লেংদনা লৈ।

৪২৩- **দক্ষ :**- থবক খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না লোইশিনবা ঙম্ববু দক্ষ কৌই।

৪২৪- **বিশ্রাম :**- অফবা কর্ম তৌবদা সংসারবু লমজিংবনি।

৪২৫- **বিশ্বদক্ষন :**- সংসার শেম্বদা য়াম্না হৈশিংবা দক্ষগী মশকনি।

**(৪৬) বিস্তারঃ স্থাবরস্থাণুঃ প্রমাণং বীজমব্যয়ম্।**
**অর্থোহনর্থো মহাকোশো মহা ভোগো মহাধনঃ।।**

৪২৬- **বিস্তার :**- মসিদা জগৎ অসি শিনবা থুংনা শন্দোক্লুনা লৈবগী মশকনি।

৪২৭- **স্থাবরস্থাণু :-** আকাশনচিংবগী পোৎয়াল মফম খুদিংদা অচুম্বগী মশক ওইনা লেংদনা লৈ।

৪২৮- **প্রমান্ :-** পুম্নমকপু অফবা মওংদা মুন্না খঙবা সত্যবাদিনী।

৪২৯- **বীজমব্যয়ম্ :-** জগৎতা অমাঙ-অতা লৈতবগী মরমদি মহাক পুম্নমক্কী হৌরকফমনি পোকফমনি।

৪৩০- **অর্থ :-** মঙোন্দা খুরুমজগদবনি।

৪৩১- **অনর্থ :-** মাদি পুম্নমক্কগী অথোইবা ময়ামগী কান্নবা তৌবনি।

৪৩২- **মহাকোশ :-** নুংঙাইবগী মশক চাউরবা লনগৈনি।

৪৩৪- **মহাধন :-** লনথুম য়াম্মা লৈবা অমদি লন লৈতবা লায়রশিংবু য়াম্মা নুংশিবীবা।

(৪৭) অনির্বিণ্ন :- **স্থবিষ্ঠোহভূধর্ময়ূপো মহামখঃ।**
**নক্ষত্র-নেমির্নক্ষত্রী ক্ষমঃ ক্ষামঃ সমীহনঃ।।**

৪৩৫- **অনির্বিনন :-** মানা ভক্তগীদমক্তদি মতম পূম্নমক্তা থৱাই য়াওই। পুক্লিং চঙই।

৪৩৬- **স্থবিষ্ট :-** মাদি থোইদোক্ল নোই পেনবা মশা চাওবনি।

৪৩৭- **অভূ :-** মহাক্তি পোকপা লৈতে।

৪৩৮- **ধর্ম্মযুপ :-** মহাক্তি যজ্ঞগী য়ুম্বীনি।

৪৩৯- **মহামখ :-** মাদি যজ্ঞনা ফংগদবা চাংদগী হেন্না মহৈ পীবনি।

৪৪০- **নক্ষত্রনেমি :-** নক্ষত্রগী খোঙচৎকা লোয়ননা চৎলিবা থাগী অমেংবা অয়িংবা মঙান্না নুংঙাইবা পীবীবা মহাক্লি।

৪৪১- **নক্ষত্রী :**- মাদি অফবা নক্ষত্রদা পোকপনি।

৪৪২- **ক্ষম :**- মাগী পূজা খরদং কৎচবদা মরাল অরানবা পুম্নমক কোকপীবনি।

৪৪৩- **ক্ষাম :**- মনাইশিংনা অব্রাবা তারবা মতমদা মাবু ভক্তিনা খুরুম্বা নীংশিংজবদা অব্রাবা কোকপীবনি।

৪৪৪- **সমীহন :**- মানা তৌবা থবক খুদিংমক্তা য়াম্না নীংথিনা খল্লগা পাওথোকপনি।

**(৪৮) যজ্ঞ ইজ্যো মহেজ্যশ্চ ক্রতুঃ সত্রম্ সতাং গতিঃ।**
**সর্বদর্শী বিমুক্তাত্মা সর্বজ্ঞো জ্ঞানমুত্তমম্ঃ ।।**

৪৪৫- **যজ্ঞ :**- মহাক্তি যজ্ঞগী মশকনি।

৪৪৬- **ইজ্য :**- ময়াম পুম্নমক্না মাবু পূজা তৌনৈ।

৪৪৭- **মহেজ্য :**-লুর-লুরবা পূজা মখলশিংনা মাবু পূজা তৌনৈ।

৪৪৮- **ক্রতু :**- অয়াম্বা থবক ইনখাং পুম্নমক য়াম্না পাম্না পাওথোকই।

৪৪৯- **সত্রম্ :**- অচুম্বা পাম্বা অফবা মীশিংবু মানা কনবী ঙাকপী, মাদি যজ্ঞ পুরুষনি।

৪৫০- **সতাংগতি :**- মানা সাধু বৈষ্ণবশিংগী য়াম্না কন্না য়াংনা চৎলিবা খোঙচৎ অদু লাইনা ফংই।

৪৫১- **সর্বদর্শী :**- পুম্নমকপু নীংথিজনা য়েংবী।

৪৫২- **বিমুক্তাত্মা :**- মরুওইনা মঙোন্দা দোষ মখল পুম্নমক্না শোকপা ঙমদবা চঙদবা আত্মানি।

৪৫৩- **সর্বজ্ঞ :**- মাদি পুন্নমকপু খঙবনি।
৪৫৪- **জ্ঞানমুত্তমম্ :**- মহাক ময়ামগা মান্নদবা জ্ঞানগী মুর্ত্তিনি।

(৪৯) **সুব্রতঃ সুমুখঃ সূক্ষ্ম সুঘোষঃ সুখদঃ সুহৃৎ।**
**মনোহরো জিতক্রোধো বীর বাহুর্বিদারণঃ।।**

৪৫৫- **সুব্রত :**- মানা য়াম্না ফজ-ফজবা ব্রত তৌবনি।
৪৫৬- **সুমুখ :**- মাগী মায়থোং ফজবনি। মীগী মতেং য়াম্না পাংবনি।
৪৫৭- **সূক্ষ্ম :**- কন্না হোৎনদুনা য়াম্না ৱানা ফংবা।
৪৫৮- **সুঘোষ :**- নোকুলগী শঙ্খগী মমিং ফজবা ৱাহৈ।
৪৫৯- **সুখদং :**- মাদি নুংঙাইবা পীবীবনি।
৪৬০- **সুহৃত :**- চান্নবা-লমনশিংবা ৱাখল থাদোক্তুনা থৌজানবীবা।
৪৬১- **মনোহর :**- শুহৎনিংঙাই ওইবী স্ত্রিশিংগী পুক্লিংবু হুবা শুমহৎপীবনি।
৪৬২- **জিতক্রোধ :**- মাদি অশাওববু জয় তৌবনি।
৪৬৩- **বীরবাহু :**- মাগী পাম্বোমদি থবক খুদিংদা পাঙথোকপা ঙম্বা পাম্বোম পাঙ্গলনি।
৪৬৪- **বিদারন :**- মানা নরসিংহ অবতার তৌদুনা হিরন্যকশিং পুগী থবাক থিনগাইবনি।

(৫০) **স্থাপনঃ স্ববশো ব্যাপী নৈকাত্মা নৈক কর্মকৃৎঃ।**
**বৎসরো বৎসলো বৎসী রত্নগভো ধনেশ্বরঃ।।**

৪৬৫- **স্বাপন :**- মানা মনাই ভক্তশিংদা অৱাৎ-অপা লৈতবা লন-থুম পীবীবনি।

৪৬৬- **স্ববশ :**- মাদি কনাগীসু মিখা পোন্দে। ভক্তশিংগী মখা পোনবনি।

৪৬৭- **ব্যাপী :**- শিনবা থুংবা আকাশকী মতৌগুম্না মফম খুদিংমক শিনবা থুংবনি।

৪৬৮- **নৈকাত্মা :**- মীপুম খুদিংমক্কী থৱায়নি। জীব খুদিংমক্কী মশাদা মমি ওইনা লৈবনি।

৪৬৯- **নৈককর্মকৎ :**- মাদি কর্ম্ম খুদিংমক পাঙথোকপা মানি।

৪৭০- **বৎসর :**- চহী কুমজাদা মাগী থৌজান্না ষন্থি অমদি ব্রজগোপীশিংদা ষনাও মচা পীবীবনি।

৪৭১- **বৎসল :**- থৌজানবীবা মাদি ভক্তশিংবু লুনা তৌবীবনি।

৪৭২- **বৎসী :**- ষনাও মচাশিংবু শেন্বীবা অমসুং সংসারবু ঙাকপী শেনবীবা।

৪৭৩- **রত্নগর্ভ :**- সমুদ্রদা মনিমুক্তা লৈবগুম্না মাগী হকচাংদা মণিমুক্তা লৈ।

৪৭৪- ধনেশ্বর :- মাদি লন্থুম সনা লুপা পুম্নমক্কী মপুনি কুবেরনি।

(৫১) **ধর্মগুব্ধর্মকৃদ্ধর্মী সদসৎক্ষরমক্ষরম্।**
**অবিজ্ঞাতা সহস্রাংশুর্বিধাতা কৃতলক্ষণঃ।।**

৪৭৫- **ধর্মগুপ্ :**- মানা ধর্ম্মবু ঙাকপনি।

৪৭৬- **ধর্মকৃৎ :**- ধর্ম খুদিংমক মানা তৌবনি।

৪৭৭- **ধর্মী :**- পুন্নমক্তগী অহেন্বা ধর্ম্ম তৌবা মানি।

৪৭৮- **সৎ :**- অশেংবা সত্যগী মশক ওইবা মানি।

৪৭৯- **অসৎ :**- শেংদবা অপৌবা সংসারগী মওংনি।

৪৮০- **ক্ষরম্ :**- জীব ময়ামশিংদি মাঙবা নায়বনি মাঙগদবনি।

৪৮১- **অক্ষরম্ :**- মাদি অমাঙ-অতা লৈতবনি।

৪৮২- **অবিজ্ঞাতা :**- মাবুদি খঙবা ঙমদে অমসুং জ্ঞানগী মশকনি। হকচাংদা লৈরিবা জিবত্মাবু ঈশ্বর কৌই। মসিগী লক্ষণ্ অসিনা বিষ্ণু কৌই।

৪৮৩- **সহস্রাংশ :**- মাগী মশাদি মঙান লীশিং কয়ানা লৈতেংবনা সুর্য্যগী মশকনি।

৪৮৪- **বিধাতা :**- ব্রহ্মা মাগী অথোইবা মশক্না সংসারবু পুদুনা য়োকপা থাকপীবনি।

৪৮৫- **কৃতলক্ষন :**- মাগী মশাদা খুদম কয়ামুক্না লৈতেংবনি। মরম অদুনা ভগবানগী মশকনি।

(৫২) **গভস্তিনেমিঃ সত্ত্বস্থসিংহো ভূতমহেস্বরঃ।**
**আদিদেবো মহাদেবো দেবেশো দেবভৃদগুরুঃ ।।**

৪৮৬- **গভস্তিনেমি :**- মানা মঙানশিংগী ময়াইদা নুমিৎকী মশক ওইবনি।

৪৮৭- **সত্ত্বস্থ :**- মাদি মতম পুন্নমক্তা সত্ত্বগুন ওইনা লৈবনি।

৪৮৮- **সিংহ :**- মানা নরসিংহগী মুর্ত্তি ওইনা ফোঙদোকই। নোংশাগা মান্ননা মথৌনা লৈবনি।

৪৮৯- **ভূতমহেস্বর :**- মাদি জীবশিংনা পাঙথোকপা হৱাও কুম্মৈগী মপুনি থৌবুনি।

৪৯০- **আদিদেব :**- বিষ্ণু অহানবা তত্ত্ব মগা মৈ-ঈশিংনচিংবা হৌরকফমনি।

৪৯১- **মহাদেব :**- অথোইবা দেবতানি।

৪৯২- **দেবেশ :**- দেবতা পুম্নমক্কী অথোইবা দেবতানি।

৪৯৩- **দেবভৃদগুরু :**- বিষ্ণু দেবতাশিংগী গুরু ওইবা ইন্দদেব মাগীসু গুরুনি।

**(৫৩) উত্তরো গোপতি র্গোপ্তা জ্ঞানগম্যঃ পুরাতনঃ।**
**শরীরভূতভৃত-ভোক্তা কপীন্দ্রো ভূরিদক্ষিণঃ।।**

৪৯৪- **উওর :**- মাদি পুম্নমক্তগী অথোইবনি।

৪৯৫- **গোপতি :**- মাদি-গোপ গোপি ষন্বি ষনাওশিংগী মপুনি।

৪৯৬- **গোপ্তা :**- মানা ব্রজগী ষনশিংবু কনবীবনি।

৪৯৭- **জ্ঞানগম্য :**- মাগী ৱাখলনা জ্ঞাননা পুম্নমক মুন্না খংবনি। ৱাখল পুম্নমক লাম্বা ফংবনি।

৪৯৮- **পুরাতন :**- কুইরবা মতম পুম্নমক্তা লৈবনি।

৪৯৯- **শরীরভূতভৃত :**- পঞ্চভুৎনা শাবা হকচাং পুদুনা য়োকপী থাকপীবনি।

৫০০- **ভোক্তা :**- মানা সংসারবু ঙাকপী শেনবীবা য়োকপীবনি।

৫০১- **কপিন্দ্র :**- মাগী থৌজাননা সুগ্রিবাবু ইন্দ্রগী মতৌগুম্না ময়ামগী নিংথৌ ওইহল্লি।

৫০২- **ভূরিদ্দক্ষিন :**- পুম্নমক্কীদমক য়াম্না চম্বা মওংদা চপ মান্ননা খঙবীবা উবীবনি।

